# ওইরগদ্রা অরোইবা

এস ভানুমতী দেবী





সাহিত্য ফোরম, ইম্ফাল

মণিপুরী শৈরেংগী তাইবংদা মেংলবা খোঞ্জেল অমা ভাসসু ঐখোয়না অশৈবা সঞ্জেনবম ভানুমতীদগী তানা ফংলি। লিরি খোইরিবা, অখোংপা লোন্দা-পনা শাজিন্নদুনা শৈরেংগী মতাও পীরা ভুম্মী। শৈরেংদা উশেগী নুংগী খোঞ্জেল তাযবা অমা মাওনবাদি মদু অশৈবা অসিগী শৈরেংদগী তানা ফংলি। হৌজিক্কী মতমদা তাঙ্খাগী মশাক নাইংথিনা উবা ফংবা শৈরেং ইরবাশিংগী মনুংদা ভানুমতীসু মাওজান থাবিবা অমনি। মতাংদা স্বাইদগী নৈবা শৈরেংগী লাইরিক *ওইবগদ্রা অরোইবা* হায়বা অসিদা ভুসিগী মকোক মঈম শম্নদ্রবা, মশাগী ওইজ-তানবনা হিংবগী মরমচং ওইবল্লবা তানবম অসিদা অশৈবানা নুংঙাইক্লব। থম্মোয় নাকং কয়া থগ্লাক্লি। অশৈবা খল্লাংগী খোন্থোক্তি চকখেৎনবা শৈরোননি মাওবাই তংবাই মপাউখোননি। মদুমক অশৈবাগী শৈরেং অযাম্বদা তাবা ফংনি। শৈরেংশিং অসিদা পাম্নগী মচোই তাবদা শক্তমশিংগা নীকল পরেংশুম মচ তানা লেংশিন্দুনা অপুনবা মশাক অমা নাইংথিজবা শৈরেং তাম্বাদা অপাবা অতাননংদা থুদোল তগ্লাক্লি। অচৌবদা, অচৌকপদা নাইতোম তাবা বাখলগী পাঙ্গম্ম থাদবগী ঈংলগী অনীনা খৌরী চিংনাবরা বাখলগী পরীংনা ইরা শৈরেংশিংনি। শৈরেংশিং অসিনা কানশুম্না থবা চকচৈনা হায়রি।

# ꯑꯣꯏꯔꯒꯗ꯭ꯔꯥ ꯑꯔꯣꯏꯕ

# ওইরগদ্রা অরোইবা

সঞ্জেনবম ভানুমতী



রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

Oıragadra Aroıba
*a collectıon of 75 poems ın Manıpurı*
by Sanjenbam Bhanumatı
Publıshed ın 2011 by L  Dhabalo for the Wrıters' Forum, Imphal



ফোঙবা ঃ বাইটর্স ফোবম, ইম্ফালগীদমক এল  ধবলোনা ফোঙবা, ২০১১

মখূমগী দিজাইন ঃ বিবেন্দ্রজিৎ নাউবেম

মমাল ঃ লুপা ১২০/- (চাম্মকুন)

ISBN 978-81-89101-44-2

প্রিন্টিং এন্দ পব্লিশিং দিভিজন, বাইটর্স ফোবম, ইম্ফালদা টাইপসেট তৌবগা পদ্মা প্রিন্টর্স, গবর্ণব বোদ, পাউনা বাজাব, ইম্ফাল-৭৯৫০০১দা নম্বা।

শৈবেংগী ঈথক ইপোম্মা

য়াকায়বকপা খূদিংদা

ৰাখলগী ঈনোৎ হাপ্লিবিবা

হে মালেম নৈমা।

নফমদা তমজবি খূদোল

লোইনাইদ্রবা ৰাহংগা লোয়নববা

ওইরগদ্রা অবোইবা

# অইবীগী ৱাবোল

অচুম অবানগী মশক তাকপিদুনতা লৈবিবা তাইবং মপূ মহাক্কী *থৌজালদগী ঐহাক্কী ওইবগদ্রা অবোইবা* হায়বা শৈরেং লাইবিক অসি মযামগী থৃত্তা শিন্নজবি। চহী মবি কান্নববগী তুংদা মঙাশুবা শৈরেং লাইবিকসি পুথোকচবনি। শৈরেং হায়বা অসিমক্তবু নীংথিজববী ফিজেৎ লৈতেংনা ফজবগী ঈনোৎ কাহল্লবী, চুং-ফীবাল চাববী শাবান্না মাগী ওইবিবী, উকবদা অমকপা অমত্তা লৈত্রবী, মবাল হায়বদু থাওদ্রবী, তক তক তশেং তশেংনা উবিবী নুজাগুম্বনি হায়জনীংঙি। ৱাবেংদা নীংতম্বগুম শৈরেংদা নীং-পংতম তম্বা পামজরুদে। ৱাফম অসিমক্তগী শৈরেং ইবকপদা ইলায়-লায়না থৃৎ থাবা ঙমজদে। মতম অমদা ইবিথি কবি বাজকুমাব সুবেন্দ্রজিৎনা "সম্বীত মাঙলনী কবিতা" হায়বা অমা। মসিমক কবিতা (শৈরেং) গী মশক তাকপিবনি খনজে। অদুনা কিজবনা, হৈজদবনা, পামজববসু কবিতা লাইবেম্বীগী ফিজি ফিনা নেৎপা থোকখিদ্রা খন্না কিনা কিনা ইজবা মক্তনি। মবম অদুনা শৈরেং অমদি ৱাবেংগী মশক শেংহন্নবা হোৎনজবদু পামজে। মদুনা মবম ওইদুনা শৈরেং লাইবিক পংপুদা পুথোকপসু ঙমজদে।

*হৌজিক্কী* মতমসিদা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না লোল কয়া কযা মনুং থীংনা নৈনবা ঙম্লবা, মেজীকুম্না শৈরেং লাইবিক কযা পুথোবক্তুনা, ফোঙদোক্লীংবা থৃৎফোঙদোক্তা ফোঙবা ঙম্লবা কবি কযা লৈবে। ময়ামসিগী মবক্তা তপ্না তপ্না তুংইঙ্গদুনা পুথোকচবনি। লাইবিক অসি পুথোকপদা ঐগী ইহৎ শিন্দুনা থৌদা পৃম্বা শক্ক য়াবিবিবা বাইটর্স ফোবম ইম্ফালগী ইচীল ইনাওশিং মথংশিংনা ইমোজীৎ, আব কে ব্রোজেন্দ্র, ব্রজেশ্ববনচিংবনা মমল য়াম্নবা মতম কাইথোকপিদুনা মতেং পাংবিবগীদমক হন্না হন্না থাগৎচবি। মথৃমগী দিজাইন অসি ইপ্পা বিবেন্দ্রজিৎ নাওবেমনা তৌবিবনি, তৌবিমল খক কাউজবোই। লাইবিক অসি পুথোক্তবা হোৎনবদা পৃক্লিং থৌগৎপিবম্বগা লোযননা শেলগী মতেংসু পাংবিবম্বা ঐগী ইনাও এল. ইবোচা সিংহবুসু পৃকচেল শেংনা তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

**এস ভানুমতী দেবী**

# সেক্রেটরীগী ৱাবোল

১৯৮৮দা লিংখৎখিবা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল অইবশিংগী লূপ ঙসিদি লূপা ফূদোংবা চহী ঙকয়া যৌবক্লে। মসিমকসু খঙহৌদনা থোবকপগুম তৌবা থবক অমনি। ঙবাংতা ওইবগুম খল্লুই, অইবা খবনা লাইবিক ফোঙবা মতমদা মায়োক্লবিবা অৱাবশিং অসি য়াবিবমখৈ শাফহন্নবা কবি তৌসিগে হায়না খন্নদুনা লূপ অসিবু লিংখৎখিবা অদু। ১৯৮০গী মতম, লাইবিক্কী পোথোক্তি হেনগৎলকপা, শেম্লোক্তি থোইনা হেনগৎলক্কবা মতমনি। কনাগুম্বনা লাইবিক অমা মচু তানা ফোঙলকপা উকবদা ঙক্না কল্লকচবা মতম, নৈবাক্কী ওইনা লোলগী অমদি খোবীবোলগী ওইনসু মণিপুরনা ফিদা ফংলবা চহীচাগী চগোনা খোঙলৈ নৈবকপা মতমসিদা অচৌবা মতেং অমা ওইনা হৌবকখিবনি। অনৌবা ঈনোৎ থৌনা হাপখিবনি। মসিগী মওংদা কযা অমসু লিংখৎনবক্লবনি।

অদুগা মতমদি চৎখি, মীওইবসু চৎখি—লৈহৌবিবদি অইবশিংগী ওইনা মখোয়গী খূৎইশিং, মখোয়না তৌবম্বশিং, হায়বম্বশিং কযা অদুনি। নুংশিজগ্রবা লূপ অসিগী মীওই কয়া চৎপ্রে—মখোয়গী খূদোলদি ঙসিসু লৈহৌবি। অইবশিংবু পূক্লিং থৱায় হকচাং য়াওনা শৌগৎচবা অসিনা লূপ অসিগী মকওইবা পান্দম অমা ওইনা হৌবকখি। অদুমওইনমক খোবীবোলগী লূপ অমগী থৌদাংশিংবুদি খক কাউবা তৌবকখিদে। হৌবদগী হৌনা লোলগী অমদি খোবীবোলগী মবীনা নুংশি-চান্নবা পুবকপগী লম্বীদা লেপ্তুনা চঙশিল্লকখি। খন্ন-নৈনবা মীফম, থবক শূবা মীফম, অইবশিং উনবা মীফম কয়া কয়া পাঙথোক্লুনা লাকই। মখা তানসু পাঙথোক্লবা থৌবাংশিং লৈবি। মতম মতমগী ওইবা থৌদোকশিংগী লাচন্না শেমগৎপা *সাহিত্যগী পাউ* কৌবা চেফোঙচা অমসু লেপ্তুনা পুথোক্লুনা মীয়ামগী থৌগল তৌবক্লি। নুংশিবিবশিংগী মতেংগা লোয়নননা মশাগী লম মচেৎ অমত্তং থম্লবা হাযদুনসু কন্না মীৎয়েং চঙশিঞ্জবি। লাইবিক ফোঙবগী ফেজদা য়াওবা নৎত্রগসু পুন্সিগী লূপমী ওইববদি লূপ অসিগী মিংয়েক মখাদা ISBN পীদুনা লাইবিক ফোঙহনবগী অয়াবসু পীজবি।

মতৌ অসুম্না লেপ্তুনা চঙশিল্লকপা খোঙচৎ অসিদা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা পুথোকচখিবা লাইবিক্কী মশীং ১১৯ শুপ্রে, অদুগা হন্দক পুথোকচরিবা,

লৈবাক্তা শকখঙনববা অশৈবী সঞ্জেনবম ভানুমতীগী শৈবেং লাইবিক অসিনা ফোবমগী ওইনা ১২০ শুবা লাইবিক ওইবে। থ্বাই মীয়ামগী মফমদা অশৈবী অমদি ফোবমগী মায়কৈদগী লাইবিক অসিবু পাবিনবা নোল্লুক্তা লাপ্তোকচবি।

ইম্ফাল — বি এস রাজকুমার

৩ মে, ২০১১ ইং — সেক্রেটরী

# য়াওরিবা শৈরেংশিং

## মালেম মালহৌনহনসি

লেংমান্নবী মরূপলোই
খোয়নৌ নঙবু চান্নবী
　　লৈকোল লৈবাং যেংলুসি
　　শীঙেল লৈশক খল্লুসি।
চহী কুমজা য়াম্লক্লে
মৈতৈ লৈকোল চঙলুদ্রে
　　লৈনম যাওদবী শকহেনবী
　　খুৎশেম লৈবাং চাবগুম্বী
খাঙভুথক্কী লৈবাং লৈবক্তা
মৈতৈ লৈবাং মাঙখিবা
　　খোযনৌ য়েংবা ঙমগদ্রা?
　　থম্মোয কাযনা ৱাবোইদ্রা?
কুমজা কথা মমাঙগী
পম্বৌ ওইবা খিবিক্তো
　　সাহিত্য লৈকোল শেম্বদো
　　নীংশিং পবৈ লাকসি লাউ।
লৈবাং লৈকা লৈকাদা
শীঙেল লৈয়োল লৈয়োলদা
　　পামজবা মযেক্লা ইবম্বা
　　পুন্সি পাউমেন থিসি লাউ।
লূবাক তাবু মনুংদা
লৈপোপ কায়দ' লৈহৌবা
　　'শীঙেল ইন্দু' 'জহেবা'
　　লৈনম্না মীপূক মহূবি,
　　হৌজিক্তা ফুগাযনা শাৎপগুম

তগাৎ তগাৎ মতেক্লি।
লোইদাম থাশীং কয়াবু
তাবূনুংদা থন্ন'সু
লৈপোপ কাযদে হায়নবা
লৈনম মাঙদে শোন্নবা
পম্বৌ মানা থনম্বা
লৈখল শুবা লৈবাংশিং
লৈকোল লৈবাং মনুংদা
যাওবিববা যেংসি লাউ
খূৎশন্নবা চৎসি লাউ
অবিবা মক খূর্নসি লাউ।
মাঙলুববা চাবাশিং
নৌনা লৈশাৎ তন্নবা
মালেম মালহৌননবা
য়েন্নৌ য়েন্নীং হুন্নবা
অবিবা মক খূজোক খূজোক
শবা শন্না চাইসি লাউ।

তাং ২২/৫/২০০৪

# থিনা থিনা চৎথিনি

অৱাৎপা অমা পীবিদুনা
ঈখৌলাংবা খঙহনবিবি
অৱাৎপদুমক্না ঙসি
    থিবগী লেপ্পসু মবৈত্রি।
খৌবাংবগী মৈশাদুনা
খাঙঙমদবা মৈচাক্লুনা
    খাঙবা কনবা ওইবক্লি।
লোৎলিবা অবোৎপদুনা
ফংবগী নুংঙাইবা উহল্লি
    নহাক্না পীবিবা নুংশিবনা
    অথুপ্পা কয়া তাঞ্জবি
    ফিদম্নীংঙাই ফংজবি।
মীকুপকী ওইবা তাইবংদা
উৎপিবি শক্লোন কয়া অমা
    অর্থনা থল্লবা ৱাহং কয়া
    হংবিবি মশীং নাইদনা।
শিবা নাইবা খুদিংদা
হিংবগী আশা পীবিবি
    অহিংবা ওইববা পুন্সিদা
    অশিবগী মমিসু মবোৎলি।
কবি হায়না হায়গনি
কবম্লবু শীংথানি
    লৈসি লৈথোঞ্জবসে
    হৈজদেদো ননাইনা।
অৱাৎপা কয়া পীবিদুনা

ঈখৌলাংবা খঙহল্লি
ঈখৌলাংবদুমক্কা—
অহিংবা লোইনা ওইহল্লি
পজেং ফীবাল ফংদুনা
অমব খুভমসু মফংলি।
অদুম অদুম ওইনমক
থিবগী লেপ্পদি মবৈত্রি।
অৱাৎপমদুমক্কা ঙসি
খৌবাংবগী মৈশাদুনা
থিবগী লেপ্পা মবৈত্রি,
চৎখিনি অদুম থিনা থিনা
অৱাৎপদু খন্না খন্না
চৎখিনি অদুম থিনা থিনা।

তাং১২/১০/৮৯ ইং

## ভীক্ষাবি

চেঙ খৃয়া অমগীদমক
শেল শিকি অমগীদমক
য়েনশাং চবা অমগীদমক
শৃম্লগী হিংনবগীদমক
  লাক্লখি ভীক্ষা নিবা
  মতম'মদদি।
শোল্লি মিংখৈ তাইবং মশৃগী
থম্মোয শোক্লা খোঞ্জেল লাউনা
মানা মানা তৌজবনা
মানা মানা ফংজবগী।
  লৈত লাযব অখাকপা লৈতনা
  যৃমথোং যৃমথোং খৃদিংদা
  চেঙ মক খবদং ওইবসু
  লৈজবা উহৈ ব্রাহৈদং ওইবসু
  কংচখিবা ঙাক্লি মীপৃম তিংনা
  শেংলবা মীংকী পিগা লোযননা।
ঙসিদি—
  লন-থুমগী মপৃ
  প্রজা পৃম্বগী মপৃ
  লৈবাক্কীসু লৈঙাক মপৃ
  পেন্দে নিবগী, লৌবগী
  খৃৎ তিংথোক্লি অদুম।
ভীক্ষা হাপ্নে চাম্মাচংপী, লীশীং চংপী
মপুন মপুন মপৈ মপৈ
থৌনা পৃম্বা পৃথোক্লনা

মচাই মশুই খন্দুনা
তুংগী লম্বীগী য়েংদুনা
নিকননবা ভীক্ষাবিদুদগী
শব্দক চান্মা হেন্না, পীখিবদগী
ভীক্ষা হাপ্লে, লেপ্পা নৈতে।

তাং ২/১/০৬ ইং

## ব্রাবিকনু অপোকপী

কপ্লাক কুক কাববী
হনু মালহৈনববী
নুপীজা থম্মোয় চেঞ্জবী
শোল্লবী পলেম নহাক্লা
    চৎনবী পথাপ কাযবকপই
    থকসি খাসি ব্রাৎলকপই
    হীকহৈববা খোঞ্জেলনা
    ব্রাবক-ব্রাতেম্বিবিবা
চবোৎ হাবুংদা লাউবগুম
নাপী শীংনাংদা ভাঙবগুম
    তাবিনবা লৈতেদো
    খঙবিনবা যাওদেদো।
লমদমসিগী ঈশিং নুংশিৎ
লমদমসিগী লমচৎ শাজৎ
    হোংলবনি পৃম্নমক
    ওল্লবনি লোইনমক।
অফবা পাউতাক তাবিনবা
নীংথিবা পাউমেন লৌবিনবা
    লৈত্রবনি তাইবং মী
    মালেম লৈকোযপৃংসিদা।
লাইবক খুদুম শুদুনা
নোংদম' মাবু চৈদুনা
    মপোক লাংওল সিমদি
    লাইবক থীবে খল্প'সু
'অচুম্বা' কৌবা মহাকপু

থম্মোয়নুংদা থাগোন্না
মপৃগী অওনবা খূৎশেন্নু
ঙাইখিসিকো পূন্নদি
থাবিকনু অপোকপী।

তাং ২/৫/৯৯ ইং

## ঙস্না য়েংঙু

নখূৎমক্কা থুগায়খিবনি
অচুম্বগী মৃত্তিদু
মচেৎ তানা,
ঙসিনা কবিগী কল্পিবা?
শাবোদনা, অমুক শেল্লোদনা
ঙস্না য়েংঙু পূনশিনবা।
হৌখিবা ঙসিদু, চৎথ্রবা ঙসিদু
ফংব্রা য়েংঙু—
লায়ব্রা য়েংঙু শেমগৎ শাগৎপা।
বোম শহব, আগ্রাগী তাজমহল
নত্তে নোংমতদা শাগৎখিবা
হুমাং মবীক কয়া, পুন্সি কয়া
খূৎশিন্নবগা ওইখিবনি
মসি খক কাউগনু।
নশাগী শক্তমসু নশানা থীহল্লি
নশাগী নবলসু নশানা মাঙহল্লি
হৌজিক্তি ঙস্না য়েংঙু শেম্না
নশানা মাঙহন, তাকহনখিবদু।
ঙস্না য়েংঙু শেম্না
ঙস্না য়েংঙু।

তাং ৫/৪/২০০৪ ইং

# শেংদোকপিয়ু

মীওইবা ওইনা ফংজবিবা নুংশিবা
চান্নবা, পূনশিনবা, অপেনবা
অচুম-অবান খঙজবিবা
অন্না-নুংঙাই ফাওজবিবা
নহাক্কী থৌজাল ঙাক্তনি।
ননীংনি নহাক্কী তাইবং ঈফমদা
ঈকপিয়ু মৈ হঞ্জিন হঞ্জিন,
পূক্লিং ন্নাখলগী অমোৎপা পূম্বা
চাকথেকহনবিয়ু অতৎপা লৈত'
ওইহনবিয়ু আত্মাসে তোল্লবগী
মৈ ঈক্লবা সনাগুম শেংলবা।
নহাক্না পীবিবা চাংয়েং পূম্বা
খাঙজবা ঙমজবা পীবিয়ু
ইবাল য়াজবা ঙমজগে।
মৈ ঈক্লবা সনাগুম শেংলবা
ওইহনবিয়ু ননাইগী আত্মাসে,
নথানুংদা থম্বিয়ু লেঙদনা।

তাং ৩০/১/০৭ ইং

# কনাবুনো কিদৌবিবা

কনাবুনো কিদৌবিবা
অচুম্বা পান্নিবা নহাক্না?
নীংশিংসি কবি পামখিবা
তাইবং মপূ মহাক্না।
অচুম্বগী নংত্রা, ফজবগী নংত্রা
নুংশিবগী নংত্রা মালেম শেন্নিবা?
জীববু হাত্তোকপা, অচুম্ববু মাঙহনবা
নুংশিববু মূৎহনবা, নত্তে মাগী অপাম্বা।
অচুম্বগীদমক থব্রাম কখোকপা
ফজবগীদমক লৈজবা থাদোকপা
নুংশিবগীদমক্তা পুন্সি মাঙথোকপা
মবম্মু চাববদি অচুম্ববু ওইববদি
মালেমগী জীব পূম্বা নঙগী ঙাক্লি।
ইহৌগনি সনাগী ময়েক্না
তাহৌগনি ঙৌববা চেবোংদা
নহাক্কী কোলোয় মিংলেনদো।

কনাবুনো কিদৌবিবা
অচুম্ববু পান্নিবা নঙনা?

তাং ২৫/২/০৮ ইং।

## অসিতনি ম্রাঙ্গরিবা

ইমা! চেম্ফম্রবা ঈচেলসে হল্লক্রবোই
চংখ্রবা মতমসু লাক্রবোই
ফনা কৌদুনা কগুনসু
লাক্রবোই অমুক লাক্রবোই।
মৈবীথোক্লা চাকখ্রবা খুঙ্গংসু
হান্নগুম অমুক উববোই
লম্মৈনা শীঙ্কুংনা চাকখ্রবা
অশংবা লম্মাঙ চীংশাং পবেং
মহৌশাগুম পৃক্লিং হূববোই।
তংখ্রবা তাব পৃক্লিং বীনাগী
কায়ম্রগনি অসুম সুব ছন্দ
ফংলবোই হান্নগুম নুংশিবা সুব
ফংলবোই হন্দক মপোক্তা।
তংখ্রবা মবী থম্মোয় থম্মোয়গী
থাজদ্রে তিন্নগনি হান্নগুম
ঙাইখিগদ্রা ঐখোয় ফমদুনা অসুম?
মরুভূমি ওল্লবা লমদমসিদা
অশিবা হকচাংলকসিদা
অনৌবা লাংওল্লকপা অমা ঙাইদুনা
লৈখিসিবা ঐখোয় অসুম্না অসুম?
অদুবু ইমা!
চেম্ফম্রবা ঈচেলদি হল্লক্রবোই
চংখ্রবা মতমসু লাক্রবোই
ফনা কৌদুনা কগুনসু
লাক্রবোই অমুক লাক্রবোই।

মীওইবা পৃম্বনা মশা পান্নৱবদা
মালেম শীন্না কোয়না পাইদুনা
খণ্ডনীংবা পৃম্বা খণ্ডৱবদা
ঙাইদুনা লৈবি ঙসি ঐখোয়দি
মালেম মতৃম তাদ্রিঙৈগী খুন্নাইদা
অনৌবা য়াওলগী মঙ অমা
মঙদল্লদুনা ওম্হোক্লা থেঙনা।
নোংমা নোংমগী বাংবা হেনগৎলক্লিবা
শব্দ-শয়াংলক্তা লৈবা তাবি
ওল্লকপা ঙাইদুনা ইশামক শব্দ-পোলাং।
ইমা! নুংশিবী পোক্লফম!
ঈবমদম নঙবু শান্মুবী!
ইমা নঙগী কোলোয় মিংলেন
মৃত্যুৎপদা য়াওখ্রদ্রা
মৈবী মৈচাক কনমনবনা
মিংলেনমকসি মাঙম্ব্রদবা
অসিতনি ৱাজবিবা ইমা
অসিতনি ৱাজবিবা।

তাং ৩০/১/০৭ ইং

## হৈনবীনি নওগী

চুমদুনতা লৈবনি অচুম্বদি
ঐনা হাযজৈ 'মদুমক নহাক্লি'
নওদি অচুম্বনি—
অফবনি, অশেংবনি
অওকপনি, নুংঙাইবনি
নুংশিবনি, পূম্নমক্লি।
কনবিখিদনা ঐবু, কাউবব্রা?
লৈখা তাগদবদৈ অদুগুৈ
ঈস্থখিবদো ঐবু—
লুববা গুহানুংদা, অমম্বদা।
মৈচাক ফংলবা তুংদা অমুক
চিংখৎপিখিদনা নওনা
কোকহনবিখিদনা অরাবদো
লৌথোকপিখিদনা মযাই কাবগী কুয়োমদো।
কয়াদা শেংলবা ওসিদি
কয়াদা নুংঙাইববা পুন্সিসে
তম্বিববসিদা নহাক্রা
পাডা অমা কাউঙমদ্রবা।
অদুনা ইবুংঙো।
রাবৌজদে ঐ কৈদৌনুং,
রাহনখিবা মীকৃপশিং নীংশিংনা
কাউখবে অরাবা পূম্বা
নুংঙাইবা লাক্লনি খল্লুবদা।
মবমদি—
রাবগী মথংদা নুংঙাইবা পীবা

মসি হৈনবীনি নওগী
ঐনা ফাজববা পাড়ানি।

তাং ২৫/৫/২০০০ ইং

## খঙবিনবা য়াওদ্রে

চহীচা কয়াগী মমাঙগী
মালেমগী পাবী থৌওম্বশিং
মখল মখেল পোত্থোকশিং
খোমজিনবিবম্মী লেপ্লাইদনা।
মচু মচুগী মণিমুক্তা
খূনবিবম্মী ঈবোম্নুংদৈ।
অহীং কয়া মিংশেল খাঙ
চহী কুমজা কয়া চঙ
নীক্ল পবেং লেংজবম্মী
তাবূনুংদা হাপচবম্মী।
অদুম অদুম ওইনমক
চন্নফম্মু লৈবক্তে।
ফদি ফবানা য়োম্লম্বা
অবিবা মৰু কয়া কয়া
উবিনবা কনা লৈতবে
খোয়দাবা কনা য়াওদবে
ফদিনা য়োম্বা মণিদো
খোঙনেৎননা চৎনখ্রে।
খুনাম তানা মথং মথং
নেৎশিন নেৎশিন লাম্থোকখ্রে
নৌনা ফুমখ্রে লৈবোম্নুংদা
লৈবম্মী ফাওবা কাউনখ্রে।
লায়ববী ইমানা থম্বিবম্লা
মমল নাইদ্রবা খূদোলশিংসু
অনৌবা যুগসিগী মীবোলনা

অমুক নীংশিংবা ওমখিদ্রে।
মচু মমেল লাংলবা
লীক্লিগী লংলবা লৈতেংশিং
মুন্ন মুন্ন লাক্ল-লাক্লা
মমল থোইনা কাহন্না
অমগা অমগা মুন্নবি
পাঙ্গল পূন্না ফৃদোক্লি।
ঙাইবা তাবি অসুম্মক
যুগ অসিগী মীকপ থোকপা
ঙাইবা তাবি অসুম্মক
অচুম্বগী মঙাল অমা।
মঙাল মশেক অদুমক্লা
থম্মোয খৃদিং ঙালহল্লকপা
ঙাইবা তাবি অসুম্মক
ঙাইবা তাবি।

তাং ৩/১০/০৪ ইং

# লোৎলিবরা য়েংখিগে

পলেম শেগা তাংলিঙৈ
পঙ্খৌ মকম থূপ্লিঙৈ
লৈবাং লৈশাং তমদ্রিঙৈ
খঙলুদেদো অফ-ফত্ত
লৈবমদেদো অরা-নুংঙাই
পুন্সি কৌবা অসিগী।
তাইবংলত্তা চাউবকঙৈ
মীয়াম মখল থেংনঙৈ
পুন্সি থৌদাং য়ামখৎলক
লম্বী মায়কৈ ফাংজিল্লক
নছুবক্তে পুন্সি পোৎলুম্না
পুন্সি কাবাগাবনুংসিদা।
মীওইবনা শা ওল্লকঙৈ
মীগী শাজৎ থাদোকঙৈ
নুমিৎ থাগী মঙাল ফংলক্তে
মালংবগী শহুম তাখিদ্রে।
কয়াদা রানা খাঙলিবা
নমথীববা মোৎলবা মবকসিদা।
নোংপোক নোংচুপ খা-রাংদা
লেঙবা য়াদে খোঙফম অমত্তসু,
মখল মখেলগী বৃৎলায়তনা
শোকহল্লি পৃক্লিং হকচাং তূনা,
লৈজবম্না পূন্না মুনবিখ্রে
পুন্সি পান্দম মৎপিখ্রে।
পোকচবই মহৈ য়াঙ্গদ্রে

হিংজকবই কান্নবা ফংজদ্রে,
লৃপথগ্রমালে অচুম্বা নুংশিবা
লুদই লুববা ঈবোল্লুংদা।
অদুবু—
অমুক্তং যেংগে থিদুনা
কোয়না কোয়না চঙদুনা
ঋতু খোঙচৎ মনুংদা
হোংলকপা অনৌবা ফিজোলনুংদা
বসন্তগী লৈবাং লৈযোল্লুংদা
হৈবাং হৈকক মনুংদা
ঊবিবৈ মাধবীগী লৈকাদা
অচুম্বা, নুংশিবা, ফজবা
লোৎলিববা যেংখিগে।

তাং ১৪/১০/০২ ইং

## খাঙসি

ঈথৌ মশক খঙনবা
তাকপিবকথি মপূ মানা
শেম্বিবি নাপী শীংবী, উপাল-ঝাপাল
মথৌ খঙবা জীব কয়া
মালেমদি শিনশঙনি খঙনবা।
লৌশিং লৈববা তাইবং মী!
ঐখোয়তনি ইথৌ খঙদ্রিবা,
ঐখোয়তনি নমথাক হৈবিবা,
ইশানা ইশাবু মীনমজবা
ইশানা লুচিংবা ওইজবিবা।
শিল্লম শিচ্ছা কায়হন্দ,
মপূগী ঈঙ্গিত ইশানা খঙদ,
অতোপ্পগী মবল মুন্দুনা
অতোপ্পবু মাঙহন তাকহন্দুনা
ফংলিবা মাঙ-তাকপা পূব্রা
ইশাগী তৌজবা কর্মননি।
ইশাগী চৈবাল ঝাৰ্জসি
ফংজসি তৌজকবই মহৈ
কোক'নাইদ্রবা পাপগী মহৈ,
খাঙসি অঝাবসি
লঙজকবগীনি অতোপ্পদা।

তাং ২/১০/২০০৭ ইং

## হল্লক্কবা কৈদৌঙৈ

থদংলেদো যম্ন্রগী তাব
সুব পৃম্বগী হৌবকফম,
কাযহল্লে তুম্বাসু,
মাঙহল্লে মেল্লাবসু,
মশীং শুদ্রে তাবসু।
স ব গ ম-গী নুংশিবা সুবনা
তাইবং থম্মোয় শুন্নম্বা
সুবগী ইপোমদা অৱাবা কাউহনবা
অহল অঙাং খায়দনা নুংঙাইমিন্নবা
তাযোন্নবে ঙসিদি লোইনা।
উমং, ৱামং শা উচেক
মফম খঙদ' শেংনখবে
ইমা ইপা মকন্দ মশিজা
পৃমঙাও ঙাওবে মশক খঙনদ্রে।
অমগী মথক্তা অমনা
হাইগংনবে থাঙশাং চিংনবা লৈত্রে।
ওন্ননা য়ৈবে হৰাও পৃংখোল
অমত্তা চুমদ্রে জগোয় খৃৎথেক
তাম্বা চাদ্রে পেনা চৈজিংসু।
মাঙহল্লবনা অচুম্বা খোঙচৎ
জ্ঞান যাওদনা মপৃ শাকবনা
পৃমকায কাযবে শৈহেক শৈদা
তাবে অকায়বা সুব শৈহেক
মখোঙ মখৃৎ তেক্রে বাগ বাগিনী।
অদুনা বসন্তগী য়েন্নীং

নুমিৎ থা থবানমিচাক
খোঙচৎ খুদিং জীব পানবা পান্দবগী
পৃমকায় কায়বে, পৃমহোং হোংলে।
কলাক্ষেত্রদা হিংজবা মীওইবা
কলানা অসুম মৃথবক্কবদা
যজবা মাঙলে অচুম্বা লৈত্রে
হাহাকাব লাউনবে,
কোক্তা খুৎ হাপ্লবে
লাউনবক্কে খোঞ্জেল বাংনা
"পামজৈ মীওইবগী অশেংবা শক্তম
হল্লক্কবা কৈদৌঙৈ?"

তাং ২৪/৪/১৯৯৯ ইং

## শৃক্ল মন্নবা অমম্বদা

কবম্না তৌথ্রিবনো অসিবু?
কবিদগী ওইবকখ্রিবা 'পৃম্বসি'?
    রাহং, রাহং, রাহং ঙাক্তনি
    পাউখুমদি কনাদগী, কদাযদগী?
চূমথাঙগী মচুদুবু ওনথ্রববনে?
খোংজোমনুবী তব্দকমক্তুবু তোঙান তোঙানথ্রববনে?
মমা মচা মবী-মতা
    মরূপ মপাং মচীন মনাও
অমগা অমগা অমত্তা যানদ্রিবা
অমগা অমগা পংহাত্তা হাৎনবিবা
    কবম্না তৌথ্রিবনো অসিবু?
    কবি উপায় তৌনি ঙসি?
    কনানা কর্নবিবনি ঐখোয়?
ইমাগী শক্তম শাদুনা লাকই
    মৈ থাদোকপিবন্নে নৈজবা পৃম্না।
ইচীন ইনাও শাদুনা লাকই
    হূ লোইনা চাইশিল্লন্নে।
ইবুং ইপ্পা শাদুনা লাকই
    মুন্দুনা লৌবিখি লোইনা
    ইবল ইথুমদগী হেনবা
    ইশাগী ইকায়খুম্নবা ফাওবা।
কবম্না তৌথ্রিবনো মসিবু?
    কবিদগী ওইবকখ্রিবা পৃম্বসি?
মচাবু শিয়োমনুংদা নাউপুবিবা
    পলেম ওইবীনা শোযবদইবা'?

লাইনীং পবৈ চেংতবইবা?
চায়োক নাউয়োক ওন্নবইবা?
মচানা হায়বিখৈ য়াবগীবা?
নৌবিবী মমানা মচাশিংবু
লেংমান্নবগুম লোয়নবইবা?
থায়নগী ওইবা, চৎন পবিং
তুংওইনমনবইবা?
লাইওইখ্রবা অহলশিংনা শেন্নিবন্না
য়ূন্নাল্লোন য়াংমা লানমনবইবা?
কন্নাদা তাইনকপনি
অথূপ্পা য়াবী শাকনি কন্নাগ্য?
লৈতে মদুসু অমত্তা লৈত্রে।
লাইতোংবা গুন্না অমাইবা অমাইবী
ইবুধৌ ইবেন্ধৌ পূন্নসু
শাদোং ওইখ্রে বাজনীতিদা
মীশক য়েংনা মীতা য়েংনা
চীংঙু লাইফাও তম্লত্রে।
খণ্ডদে ঐখোয় উপায় লৈতে,
ঐখোয়না খণ্ডবা হায়ববু
অমম্বদা লেপ্লি ঐখোয়
লপী তারুবা লমজিংবা য়াওদনা
লৈবি ঐখোয় অমম্বদা
অকিবা মণ্ডলান অমগুম
লেপ্লদুনা শূক্রা মন্নবা অমম্বদা
শূক্রা মন্নবা অমম্বদা।

তাং ৩০/১/০৭ ইং

# লৌগে হবাওনা

পীযু চৈনা লৌগে হবাওনা
চাকহল্লু ননীং থুংনবা
হকচাং পোলাংসে লেপ্পাইদনা।
খাম্বীনুংদা লংশিল্ল'সু
লাইজনুংদা থাদব'সু
ঙম্লোই কৈদৌনুং নঙনা
আম্বাবুদি মাঙহনবা।
লৈবনি শক্লাইদবা অমা
মশক্তি উদবা অমা
মানদি উবিনি নঙন্না উদবদু
অদুনা কিদে তাইবং কন্নাবু।
মাযখূম উপ্পা মশক লোৎপা
মশা মশাতগী খনবা মী
কল্লক মিহৌনা থল্লবা মী
লাউ, পীবো চৈনা
লৌগে হবাওনা।

তাং ১২/১/০৭ ইং

## মাবুতদি কাউগনু

ইমাগী পাবী ইমোমশা'
মীওইবদি ওইদবা হৈনবনি
মীওইবদি কল্লক চাউবনি
তাংজ লীনহা মতৌগুম
মবৈ অনী লোঙবনি
মসি থক কাউগনু।
লমদম তাম্না লৈশ্র'সু
মীৎকী রাংমা লানখ্র'সু
পাবী ইমোম থরায-মিবেলদি
পলেম থম্মোয কাচিন্নদা
চেৎনা চান্না থন্নিদো
থিংলৌ নীংবা কাযনুকো।
অতোপ্পই মতেং পাংবদা
অতোনবই নাক্তা লেপ্পদা
কৎথোকপই হালেঙবা লৈত্রবা
ফজবা লমচৎনা লৈতেংবা
ওইযুকো নখোয় লাইপোক্লুম্বা।
নখোয়গী ফজবা লমচৎনা
পূকচেল চাউবগী মঙালনা
খাঙবা কনবই ফিবেপ্পা
পাদ্বৈ ওইদুনা নখোযগী
লৈবাংনা নুংঙাইবা পীবগুম
উপালনা মতেং য়েনবগুম
চীংজাউনা পূকচেল চেৎপগুম
মহৌশানা পূম্নমক কোনশিনবগুম

পূম্নমক্তা থস্মু মান্নবা মীৎয়েং।

কবিগী পূক্লিং হনগনি

তৌজকবৈ মহৈ পূন্বদু

মপূ মানা পীবিনি,

মাবুতদি কাউগনু

থম্মোয়নুংদই থাগনু।

তাং৮/১/০৬ইং

# হিংমিন্নসি

হে অশেংবা! হে অচুম্বা!
নথানুংদবু চঙশিল্লবদি
লৈবাং লৈনম্মা থম্মোয় হূই
মঙালনা পৃল্লং লংলবা
অমকপা অমত্তা য়াওদ্রবা
স্বর্গগী নন্দন কাননগুম্বা
মফম অমদা লৈববে।
কল্লক মিহৌ য়েক্ল ঝাখল
চঙদে লৈতে কৈদৌনুং।
হে অপঙবা! ওইজবতা থিবিবশা!
লাউনে নখোয় অসিদা
ঈংদ্র যেংঙো 'অচুম্বগী শঙ্গায়েসে'
শান্তিগী তৃংনফম অথোইবনি।
নীংঙমদ' মৈশা লাংলিবদো
থম্মোয়' চৈনা ফংলিবদো
ঙল্লোই কনানা কনবিবা
অচুম্বদা চঙজবা নত্তনা।
কয়াদা ফজবিবা লৈকোলসে অচুম্বগী
কয়াদা নীংথিবিবা হৈকোলসে
শ্যাংলি লৈব্যাং ঋতু নাইদ'
পাল্লি হৈবাং কুমশীং খাযদ'
নুংশিবগী নুংশিবা ঙাক্তা
ফজবগী ফজবা ঙাক্তা।
হিংমিন্নসি থম্মোয় হাংদোক্লা
চামিন্নসি উহৈসু পূন্না

ঐগী মীগী মাগী নঙগী থাযদনা
হিংমিন্নসে অমত্তা ওইনা।

তাং ১৬/২/০৭ ইং (উষা ভবন)

## তায়োন্নবে

খণ্ডদবা কয়া পূনশিন্নবি
থাজবা কয়া শাগৎনবি
কথোক্লবি নৈজবা পূম্বা
মণ্ডলুবি ফংলকপগী মণ্ডলান।
হিংবগী আশা তৌজবি
মচাগী মশুগী খল্লুবি
মালেমদা হিংগনি হবাওবি।
খণ্ডদবদুমক্লা লিন্দু ওই
থাজবদুমক্লা হূবু ওই
কৎথোক্লবদুমক্লা মহামতা
মণ্ডলান্দুমক্লা ফৌহামতা
অঙৌবা থবাক লোংনা তা
হিংবগী আশা মাঙদুনা
হূগী চৈনা ফংদুনা
অশি লমদম পাংনবি
তাযোন্নবা ওইবক্লি।

তাং ১৮/১/৯৮ ইং

## উজনীংলি

নমথদুনা থমখিবা অচুম্বগী লৈবোল,
লৈবোলগী মথংদা লৈবোল
লৈবোল লৈবোল লৈবোলদুনা
ওল্লকদবা কৈদৌঙে হায়ড্রোজেন বোম'
ওইবক্কদবা কৈদৌঙে ব্রহ্মাস্ত্র'
অবানবগী মাযখুম পাযদুনা চৎলিবা
মীপুম খুদিং মাঙহনবা হৌবক্লিবা
মতু চোম্বা মশীং থী'ঙমদ্রবা
শকফম তোঙাল্লবা শাশিংবু
কৈদৌঙে ঙমগবা মক্ক ফংনা মাঙহনবা'
হে মতম' খোঙজেল য়াঙখৎলো নহাক
অচুম্ববু পামজবা পুক্সিনা লৈবিঙে
উহনবিয়ু উজনীংবা পুম্বা।
মীগী শক্তমদা শাগী পৃকচেল চেনবা
অচুম্বা পাম্বশিংবু খৌবী মেৎলিবা
লাল্লি খঙনা অবানবতা তৌবিবা
মীপোৎ মীবল মুনবগী হালেঙদ্রবা
শাবমচৎ চৎপশিং মুৎখিবদো
চাকথেকপদো, তুমখিবদো
ঙাইর্জবি শি'ঙমদনা, উজনীংলি।
অচুম্বা ৱায়েলদো, অকন্নবা চৈবাক্তো
পীবক্কনি শোযদনা নোংমদি
উজনীংলি, ঙাইর্জবি শি'ঙমদনা।

তং ১৫/১০/২০০৮ ইং

## শাদানবদা

শাদানবা!

ননীংতম্বা পাম্বা নওদি
পায়কবনু লীকংদু
শংলুবনু তেঙৈজেদু
নত্তে, তেঙ্গা থোংলনু।
শায়হল্লু শজী মচাদু
মমা মচা শান্নহল্লু
মপাংলক্তা তিলহল্লু
মনীংতম্মা হিংহল্লু।
ননীংতম্বা পান্নবদি
মাসু মনীং তমহল্লু
মীকৃপকী ওইবা পুন্সিনি
মনীংতম্মা হিংহল্লু।
যেংনীংবা কৃম্মে কযাসু
পেল্লা অদুম য়েংসনু।
তাও শাওদানবা!
ননীংতম্বা পাম্বা নওদি
অতোপ্পই নীংতম্বা মাওহনগনু।

তাং ২০/১২/০৪ ইং

# লাইবক্লা তম্বা

পলেম্না পোকপিবে
শেম্নিবে পম্থৌনা
অৱাবা মশক খঙজবে
উজবে নুংঙাইবা কবিনো।
পুন্সি পথাপ তুংইন্না
পলেম্নসু থাদোকপিবে
লংথোকপিবে পম্থৌনসু
চাংয়েং পুন্সি ওইববে
খুদাং পিফম নাইববে।
থিবা ফংদ্রে অশেংবা মী
মশক খঙনদ্রে থম্মোয থম্মোয।
মীবোল তাবকঁঙে পুন্সি ফম্বাক্তা
লৈবক্লে লাইজগুম থম্নাথকী
মঙলানগুম লেপ্লক্লে তনীক তনীক।
কনা উবক্তে হন্না যেংবদা
লৈবক্লি ইদোম পাক্লবা ঈযায়দা
কপ্লি খোঙ্থাং যৈনা পাম্বে লৈত'।
লেপ্লি অমম্বদা নোংদোল যেংনা
ঙাইবি কোবৌগী মঙালতবু,
শেম্নিবা মপুবু নীংশিং নীংশিং
হংলি লেপ্লাইদনা ইদোম
'মসিবা লাইবক্লা তম্বা হাযবদু'?'

তাং ১৯/১/০৯ ইং

## চপ মান্নে

লৈবি লৈবাক কয়া কয়া
মশক মমিং তোঙান তোঙান
মালেম ফম্বাকথকসিদা।
খায়দোক্লি তোঙান তোঙান
মিংলেনসু তাইবং শেম্বা মাগী।
মান্নদে মিংথোল
খেন্নৈ মফম মফমগী
কনানা কৌই 'বুদ্ধ'
কনানা হাযনৈ 'যিশু'
কনামনা 'খুদা'
কনামনা 'অল্লা'
কনামনা 'হরি'
কনা'মনা শিদবা মপু
পামজ পামজবা মর্শক্লি।
অদুবু—
থাজবিবা মহাক্তদি
অমখক্তনি অমখক্তা
মিংলেনশিংগী ঈবোন্নুংদা
লৈবনি লোৎতুনা মহাক্তি
নুংশিথোইবনি পূন্নমক্কী
পাম্মূবদই পাম্মূবনি।
কোবৌ অমগী মঙালদা
হিংলি ঐখোয পূন্নমক
ঈশিং, নুংশিং, লৈবাক, অতিয়াগী
কান্নবা ফংলি চপ মান্ননা,

ঐগী ঐগী ঋখলতনা
তোঙান তোঙান তাহল্লি
উৎনবি খেন্নবা ধর্ম
পুক্সি পান্দম ফংদবদৈ।
তশেংবদি অমত্তনি
মালেমসিদা পোকপনি
মালেমসিদা চাউবনি
চপ মান্নে ঐখোয় পূন্বা
চপ মান্নে জাতি পূন্বা
চপ মান্নে।

সং ১৮/১০/০২ ইং

## ঙাইবি

ঙাইবি, ঙাইবি অসুম ঙাইবি
ঙাইদুনতা লৈবক্কি
কনাবু ঙাইবিবা, কবিগী ঙাইবিবা
খঙদে, অদুম ঙাইবি।
পুন্সিগী হিদেন খূদিংদা
পুন্সিগী যৌদাং প্যাঙবদা
ঙাইবি অদুম ঙাইবি।
লৈকোলদা ঙাইবি
হৈকোলদা ঙাইবি
তুবেল তোর্বানদা, লবুক লম্মাঙদা
ঈপাক ঈবোম্নুংদা
খঙদে অদুম পঙঙাইতা ঙাইবি
পঙথিতা থিবি।
ঐত নত্তে, মাত নত্তে
মীয়াম্মসু ঙাইবি, ঙাইবি অদুম
ঙাইবি, ঙাইনবি—
কনানো'মা, কবিনো'মা
খঙদব'মা।
ইথাদগী ইচা মুনবিশ্রে
ইপুবোইবা শেংনহল্লে
হৈনখ্রবা অরাবগী ঈবোম্নুংদা
লৃপথবি অসুম অসুম
লুপ্পবা ঈবোম্নুংদা।
মদুদসু ঙাইবি অদুম ঙাইবি।
কবিনো খঙদব'মা লৃপথ-লৃপথনা।

শাশ্লবা খাম্বীগী মৈশা
ঈংগ্লবা উন পুবা নুংশিৎ
শাফূ কল্লবা নোংলৈগী শহুম
ফংলে অরা চৈনা
ফংবা হৌনবা পূম্বা,
অমুকসু লৌথোকপিবে
ইকাযবা ঙাক্লবিবা ফিজোল পূম্বা,
তান্না তান্না চীক্লি চৌব' ময়াশিংনা।
হকচাংগী কযাৎ খৃদিংমক
ইখোঙ ইখূৎ অনীমক
নোংমা নোংমই চীকশিল্লকপনা
মতৎ মতৎ মচোই মচোই
চেম্থবি ঈচেল্লক্তা ঈগী।
চৈনা ফংমল্লদুনা ঙসিদি
চোইনা তাম্লবসু শদুম মচেৎ মচেৎ
ফাওদ্রে চৈনা অমত্তসু
মী মান্দ্রবা হকচাংসিদা।
অদুবু ঙাইখিনি অদুম খঙদবদু
ঙাইবক্লি মতম কুইনদগী
ঙাইখিনি ঙসিসু খঙদবা মাবু
ঙাইখিনি, ঙাইখিনি, অদুম ঙাইখিনি।

তাং ১/৮/২০০১, দিব্রুগড়

## লৈবাকলৈ

থোংনা নৌবী লৈবাকলৈ!
নৌববী নঙগী লৈযোন্না
থিনগাযবি কবম্না কল্লবা লৈতঙ্গাযবু?
শাববা কালেনগী মৈশাদা
কল্লবা লৈমায ফাওদুনা
লৈবাং লৈশাং তন্নিবা
কবিগীদমক কনাইদমক
শেম্নিবম্বা নহাকপু?
রাখলনা লাম্বা ফংদ্রবা
ওইথোক্কবা থৌনা লিংজেল
উৎপিবিবা তাইবংদা'
পাউখোঙগী মশক ওইনদি
খন্নবা য়াবা রাফমনি
লুববা রাখল ঈবোন্নুংদা
লৃপ্তুনা থিবা য়াবনি।
লৈবাকলৈ—!
থোংনা মেঙবী নঙোন্দা
লোৎলিবা কল্লবা নথৌনা
কনানা থাজনীংঙাই ওইদনা
ইমাঙদা লৈশাং তন্নিবা!
থম্মোয লাযুম হাংলকই
রাখল ইপোম লাংলকই
নুপীজাগী পুম্নিগা
চাংদম্লীংঙি নহাকপু।
লেপ্পবা পৃক্লিংনা থাজবি

নুপীজাই অরাবা কোক্লবা
খাঙবই শক্তি লৈনবা
নহাক্লা মী'মাঙদা শাৎপনি
মপৃ মানসু শেম্বনি।
তাইবং যুমথোং যুমথোংদা
চীথববু যাদ্রবী
নুপীজাগী মপোক্লি।
মহাক যাওদ্র' ইমুংদি
লৈবাং শাৎত্রবা লৈকোলনি
মঙাল যাওদ্রবা থাউমৈনি,
লাইজ কংলবা পৃথ্রিনি
ঈচেল লেপত্রবা তুবেলনি।
মশীং নাইদ্রবা মখল যাম্লবা
চাব কযা শন্দোক্লিবী
যোকপি শেনবী তৌবিবী
মালেম লৈমমক্লি নুপীজাদি।
পুন্সি অমগী মনুংদা
থরায পোম্বা কযাবক থা
পাবী মমোম শন্দোকপনি।
চৎন-পবীং ঙাক্লা ঙাক্লা
নাউযোক নাউকোঞ্জবনি।
নোংদম থীবী ওইনবু
লৃত্রাশিংদা চল্ল'সু
খ্বাঙচেৎ মাঁচ লাংদুনা
থৌনা লিংজেল পুথোক্লুনা
পাবী মমোম শেম্বীনি।
লৈবক অমা শৈশক অমা
তোঙানবা যুম্লাক শাগৈগী
তোঙানবা লীচৎ শাজৎতা
চান চূন তিন্নহৈবী

রাহৈ মকা ফোংদনা
পূম্নমক তাশিন খোমজিন্না
খাঙবা কন্না হিংজবীনি।
লৈবাং লৈবাকলৈ নহাক্না
অকনবা লৈতঙ্গায় থিনগায়দুনা
ফজবা লৈশক উৎতুনা
তাইবংদা লৈনম শন্দোকপগুম
নুপীজা ওইবী খিবিকসু
পুন্সি নোংলৈ মায়োক্না
খাঙবা কন্না পোৎলূম পু
পাবী মমোম মশেল্লি,
মীতেক মীবৌ খঙনদি
থৌনা ফনা মহিংলি।
নুপীগী মমল নুপীগী শক্তি
মালেম শীন্না শন্দোক্লি
নৈনবগী লোইনা মনাইদ্রি।
ওলাংথাগী লৈবাকলৈ।
নুজা ওইবী মপোকসে
শাইওনমক্লি নহাক্কী
শাইওনমক্লি নহাক্কী।

তাং ৩/৩/০৭ ইং

## মাঙহনবা ঙৱোই

অচুম্ববু অচুম্বনি খঙনা খঙনা
মবাক খূববা মশাগী অপাম্বতনা
অকিবা পীদুনা খূৎলায ঊৎতুনা
মচীল মেল্লি অচুম্বগী হৌবকফম পূম্বা,
    হৈজিল্লি, চাইশিল্লি মহূ কল্লবা হীদাক
    অচুম্বগী লম্বী পূম্বদা,
    মাঙজখিনবা অচুম্বা কৌববু।
অদুবু, হে কলিগী মীওইবা!
নহাক্না মাঙনবা হোৎনদুনসু
হূ কামশিন্দুনসু অচুম্বদা
    মৈ ঈক্লবা সনাগুম
    লংবা হেনগৎলক্লি নোংমা নোংমগী।
খঙদ্রি নহাক্তি হে পাপচেনবা!
    অচুম্বগী শক্তি কবিনো।
ঙৱোই খূৎলাযনা মাঙহনবা
ঙৱোই মী হাৎলগা মাঙহনবা
মীওইবদি শিবা নাইব'সু
    খক শিবা নাইদে অচুম্বদি,
হোৎনবিমখৈ মাঙহন্নবা
    হেল্লকনি অসুম মযেক শেংবা
মঙালমক্লি তাইবংমপূগী 'অচুম্বদি'।
    কবি ওইখি দুর্যোধন?
    কবি ওইখি লঙ্কাগী রাবণ?
    কবি ওইখি কংশ নিংথৌ?
রাবী লাইবিক্লি খন্দোকফদে

'ফিলোসোফিনি ফজখ্রবা' পুন্সিগী।
অদুবু লৌবা হৈত্রবা খনবা হৈত্রবদি
ওইখিনি অদুম্মক 'পাপী'
পোকখিনি অদুম্মক পাপী ওইনা
অদুম্মক চৎখিনি পাপীগী মীশিদা।

তাং ২৫/২/০২ ইং

## উৎলমখিসি

মচু তবেৎনা পূম্নবা
চূমথাঙগী নীংখিবা কাউঙমদে
কুমজা কুমওন যাম্লক্লে
চূমথাঙগী মচু উবক্লে।
মচু অমত্তং ব্রাৎপদা
থম্মোয নিংঙাই লাক্লবদা
হোংলনি মচু 'চূমথাঙগী'।
ভাইওলেটকা ইন্দিগোগা থংনবমদ্রবা
ইন্দিগোগা ব্লুগা তাইনবমদ্রবা
ব্লুগা গ্রীনগা নক্লবমদ্রবা
গ্রীনদা যেল্লোনা তাংজবমদ্রবা
য়েল্লোগা ওবেঞ্জগা নকশিন্নদুনা
বেদনা মপান খোপ্লমদ্রবদি
চূমথাঙগী মশক কদাযদনো
মশেক মঙাল কৈদগীনো।
মচু মমেনবু মশক থোকহনবা
মচু পূম্বগী তাংজফম ওইবা
তশেং তশেং লৈজবা
তক তনান ঙানজবা
কনাই মপাল তাংজদ্রবা
অঙৌবা কৌবা মচুনা
কবিবু থল্লিনি লালহৌসিদা ঐখোযগী?
লৈবাক ঙাকপা অঙম্বা
নিংথৌ শেন্না শক্লাইবা
লৌশিং শিংবা সেনাপতি

মহৈ হৈবা মতীক লৈবা
লৈবাক শেম্বই মৈশা লাংলিবা
খুন্নাই তোর্বান শেংলিবা
ইপা ইপুই খুদুং ইল্লিবা
তুংগী মীবোল শেল্লিবা
ইদোম হিংবা ফংদবনা
অপূনবগী পাঙ্গল থিবিবা
খোঙমী সেনাপতি লোয়ননা
প্রজা অমত্তা চীথদনা
অতিযাদা পূন্না যেংখৎসি
মপূ মাবু নীংশিংসি—
খুকখুদক শনসা লৈতানা
শকউদবা মাবু নীংজসি
মযাথংতবু ইল্লসি।
নুংশিবা, অচুম্বা, কৎথোকপা
ইশাগী ওইজবা থাদোকপা
চুমথাঙগুম্না পূনশিনবা
ঙম্না যেংসি হোৎনসি,
পূনশিন্দুনা অমুক্তং
খোমজিন্দুনা অমুক্তং
উৎলমখিসি তশেংনা
'অপূনবগী ফজবা'
'পূনশিনবগী নুংঙাইবা'।

তাং ২১/৮/০৫ ইং

## শাপলা

ফনেক খোযদোম শেৎলিঙৈ
কুম্লং নাদা চিল্লিঙৈ
পষ্ঠৌ শুমাঙ মথৌবৃং
বৃন্দাদেবী লৈকোইবৃং
শীঙেল লৈবাং লৈখল কয়া
থাজবম্না থবায় তানা
অশাৎপা লৈবাং খূজোক খূজোক
ইনীংতম্না হেক্তুনা
চিনজখিবা নাপদা
কোযনা চাইনা শান্নখিবা,
হেকপা ঙমদ্রে ঙসিদি
শোকপা ঙমদ্রে ইখৃৎনা
লম্লানবীগুম লেপ্লবে।
হৈবাং কয়ানা অচুম্বা
লৈবাংশিংনা নীংথিবা
কৌবি খৃৎলাম তোযনদি
লাকও লাকও হাযনদি
কনানসু থিংখিদে
কনানসু চৈথিদে
পৃক্লিংনা মদোম মখামজৈ
থম্মোয মানা ইকাযজৈ।
কদাযদই লাকপা ব্রাখলনো?
কবম্না ওইবকশিবনো?
থৌশিল হৈবা কনানো?
অসুক ইকাযহনবনো?

পম্খৌ ইংখোল থাদেক্লম
য়ৌববদা মাঙ্ক কা
    কবিগী লাক্লিবা ইথিলসে?
    কবম্লা ওইখিবা অহোংবসে?
নিঙোলগী ঙাক্লি খঞ্জখিবা
কেজ নৌজ লেঞ্জখিবা
কুমজা কুমওন অমদা
কবম্লা অসুক হোংলকপা
    কবিননো মসিবু?
    কন্নাননো মসিবু?
    শাপলা নিঙোল ওইবীদা?

তাং ১২/৪/১৯৮৯ ইং

## পাওমেন

মীওইববু নুংশিবা ঙমদবা নঙদি
লুচিংবা ওইগে খল্লুনু
ফজবা মশক খঙদবা নঙদি
ফজৈ ফজদে নৈনকনু,
নুংশিবা কবিনো খঙদবা নঙদি
অতোপ্পদা নুংশি শোল্লুনু
পীথোকপা পামদবা নহাক্তি
কবিমতা নিকনু অতোপ্পদগী।
পুন্সি অসি ফাগি নত্তে
পুন্সি অসি মঙলান নত্তে।
অরাববু কিবা নহাক্তি
নুংঙাইবা খক পাম্লুনু।
মথৌনা লৈবা মঙোন্দদি
থম্মোয শেংজবা মখোয়দদি
ঈশ্বরগী খুদোলনি পুন্সিসি
মত্তুবা অকনবনি পুন্সিসি
মহাও লৈত্রবা অহিংবনি।
মশক খঙনীংলবদি পুন্সিবু
কুম্মু অরাবগী খোঙনুংদা
চোংশিল্লু কিনববা জঙ্গলদা
শীজিন্নৌ যাওজবকপা শক্তিদু,
চাকথেকহল্লু অরাবই মৈবীনা
খাঙবগী শক্তি ফংনবা।
নূপখৌ নুববা ঈবোয়ুংদা
থম্মোয থম্নাল লৈবীক্লুংদা

ফংগনি মঙাল অচুম্বগী।
অচুম্বগী মঙাল মশেক্কুনা
ফংলক্কনি নুংশিবগী শহুম,
নুংশিবনা কৃযোম ওইববদা
হিংনীংবগী মহাও ফংলনি
মীওইবা জীব পৃম্বগা
পৃম্না হিংমিন্ন' শুম্লনি
ওইবনি লেঙদ্রবা অহিংবা।
নৈবাক্কী হকচাংনা মাঙখ্র'সু
ফংহৌবনি অমব খুভম
মৃৎনাইদ্রবা অমব খুভম।

তাং ১১/১০/০৮ ইং

## পলেম পম্মৌদা

অপোকপা নহাক্কী ঈথিলনি
ঐখোয় মীওইনা হিংজবিবা'
মীনা ইখূৎ শোকপিবিবা
ঙাঙজবা পূম্না তাবিবিবা
হবাও তযাম্না নানবিবিবা।
পম্মৌগী যাল্লা ইনিলননি
ঐখোয়গী পূক্লিং যাকাযখিবা
অচুম্বা ফজবা নুংশিবগী
ব্রাইগী পাউজেল লাংজবিবা,
চূমথাঙ মচু তবেৎকী
অবোনবা পাউখোং থিজবিবা।
পলেম মাগী থৌজালননি
ঙাকপিবা মশক খঙজবিবা
মীওইববু নুংশিবা ঙমজবিবা
ইচাবু নাউকোনবা হৈজবিবা।
তাইবং মঙফাওনবকপদা
অমম অঙান উবকপদা
পুন্সি শৈহৌ ওইনদি
ইমানা তম্বিবা ঈশৈদুননি
ঐখোয়গী পূক্লিং লৈকোলদগী
লৈনম যেনগে তেম্মশীংলিবা
পূম্নমক মখোয়গী থৌজালনি
পলেম পম্মৌগী খূদোলনি।

তাং ১৮/১১/০৯ ইং

# নীংশিংবা

হিংলি—

ঙসি ফাওবা মীওইবনা

হৌখিবা পুন্সিবু মিতাদুনা।

লৈবক্মী 'ফজবা' হৌখিবদা

লোৎলক্মী লোইশ্রবদা 'নুংশিবা'

ফংহৌই 'খোযথুম্নবা' চৎশ্রবদা।

কাযনশ্রবদা ফংলকই 'খোয়বাঙবা'

ওমচাক্রবকই লোইনা চৎশ্রবদা।

ফুম্বংনবি—

তৌনীংবা তৌবা ঙমদ্রবদা

পৃক্রিংগী পাঙ্গল শোল্লক্রবদা

মাঙলক্রবদা শক্তি পৃম্বা।

অদুবু—

হৌখিবগী নীংশিংবদি

থোইনা মযেক লাবক্লি

নীংশিংবনি নুংঙাইবা

নীংশিংবনি নুংশিবা

নীংশিংবনি অপেনবা

নীংশিংবনি পোত্থাবা।

পিবাংনা হকচাং চোৎল'সু

থম্মোয নীক্র থাঙল'সু

ওইহল্লি 'অহিংবা' নীংশিংবনা

নীংশিংবা লৈত্রবদি পুন্সিসু লৈত্রে

অমত্তা য়াওদ্রে পুন্সিগী অর্থ।

নীংশিংবনি নুংঙাইবা
নীংশিংবনি নুংশিবা
নীংশিংবনি অপেনবা
নীংশিংবনি পোত্থাবা।

তাং ৩/৪/২০১০ ইং

# মমি

মমিগী অতোপ্পা মচু লৈতে
মমিগী অপাম পামদা লৈতে
মমিগী অনীংবা লৈতে
মমিদা অকিবা লৈতে
মমিদা ইজ্জৎ লৈতে
মমিদা কল্লকপা পোক্তে।
অদুনা মমিদা অৱাবসু ফাওদে
তৌবগা লোইবগগী খেন্নবসু লৈতে।
হৌজিক্কী মীবোলসু—
খেন্নবা লৈতে মমিগা,
মমিদুমক্তি হৌজিক্কী মীবোল
চিংলি কবিসু নীংঙাইদনা
মমিগুম, থৱায য়াওদ্রবা।

তাং ১৫/৪/০৯ ইং

# শিদহীদাক

ফজবা হেনগৎলি নোংমা নোংমগী
থীগ্রবা মশক কয়া মালেমগী
কংলবা খুইববা উবী-উনা পৃন্নসু
থোইনা ফজবি ফংলবদা পুন্সিগী ব্রাহপ্লোক,
কান্নবা মচাক কয়া পূল্লবা
ওইববে শিদহীদাক ঙসিদি
কান্নবা মচাক্তনা পূল্লবা
মন্ত্রনা যোল্লবা, হী-যাইতনা থল্লবা।
মউল খুইববা হনু মালহৈনববা
অঙৌবা শল্লাংনা লৈতেংলবা
পুন্সি থৌদাং পাঙলকপদা
খৃব্যাক কুবোল হুববা
শাংলবা পুন্সিদা কোক্তবা মচুনা
'শঙখুবা শক্তম মশীং থী'ঙমদ্রবা'
হাপ্পদুনা চাউববা নম্বোনুংদা
চৎলিবা মখোযসে কোবৌগী তাফমদা
হী-যাইদুমক্লি মচু মখলগী
য়াওবিবনি মখোয়দা 'পুন্সিগী ব্রাহম্মোক।'
চঙজসি মখোয়দা—
অদুগা হায়জসি নম্বোদু হাংনবা,
নিজহৌসি পুন্সিগী শিদহীদাক
অশেংবা মী ওইনবগী 'মন্ত্র'।

তাং২৮/৮/২০১০ইং

## তাকপিযু

মায়কৈ শলাই খঙহৌদনা
শেংদ্রবা ঈশিং নুংশিংনা
পৃম্মম মমশিল্লক্লে মালেমসে
লাক্লে অহোংবা কয়া।
নাউপুবকপা থাবৃম তবা শিয়োম্নুংদা
মপাবী মমোম মবৃকথোক্কী
য়াওদ্রে মচু, নুংশিবগী।
ঈমা ইচা ইচীন ইনাওগী
অমত্তা লৈত্রে নক্লবা মবী
নাইতোম নাইতোম, নাকপাক নাকপাক
হৈনবী ওইবক্লে তোঙান তাবনা।
থৌদাবা মসিবু ইবুংঙো নঙগী?
ঋতু খোঙচৎ মকাযদ্রি
বসন্তদা যেন্নীং মহুল্লি
কোবৌনা মঙাল মযেল্লি
মঙাল চাইবি থাজসু
ঊহৈ পীবি পামেলসু
যেনবসু লেপত্রি লৈবাং লৈনম।
কবিগীনো অদুগা—
অসুক হোংলক্লিবা মীওইবদি?
অসুক থম্মোয পীকশিল্লকইবা?
তাকপিযু অমুক্তা ননাইদা।

তাং ১১/২/০৭ ইং

# চৎখি ঙাইনা ঙাইনা

জীব কয়াবু মশাইগোনদা য়োকপিবক্কবা
খুঙ্গংগী মশা মবেং ফল্লম্বা
সনা খোংনাংগী মখাদা
চৎলি তপ্না তপ্না শনগাউীদু
শবীক্কী ক্রিং ক্রিং খোঞ্জেলনা
অচীকপা থুগাযদুনা নোংঙাল্লমদাইগী।
মনা কেনখ্রবা সনা খোংনাং
লেপ্প্লি তূমিন কিথি কিকম মল্লিবদুদা।
তূম্পাক তূম্পাক তাশিন্না শন্দোক্লিবা
মক কোকথোকপিববা চীংলোনশিং
চকখোক্লা ইচাই চাইববা লৌবূকশিং,
ঈচেল কংলবা খোংলমশিং
যেংলি কোযনা গাউীরালা।
মাগী মাযথোংগী অশেংবা মর্মিদি
উখিদে তিনখি অমম্বদা,
অদুবু—
স্বব খূৎহোর্লসি যেংলগদি মতমসিগী
ওইগদবা মান্দে মকালাম্না মায়থোংদি,
মবমদি—
চহী কযাগী মমাঙর্দাদ গাউীরালাদু
খূৎলঙ খুনুং ঈশৈ কয়া
শকখিবনি পূক্লিং মকা লাম্না
খোম্থাং যৈনা হবাও তযাম্না
চিংনবা কবিসু পোক্কনা,
থাংখিবনি শন জোডাগী খোংথাংসু

তাল নাইনা, নেৎতুন্না শবীক্কী তাম্বাদা
ঙাইবিদে মতম্না কন্নাসু
ব্রাকচিং থাগী ঈংলবা
নৈচীল থাংলবা নোংঙাল্লমদাইদুদা
মযেক শেংদ্রবা মঙালদা থরানমিচাক্কী
চৎখি তপ্না তপ্না শনগাউীদু
তন্দে মান্দে শাংলবা লম্বীদুদা।
কুমজা কয়াই মমাঙগী
মক্তুবা মশেক্তু নীংশিংনা
সনা অহীংবগী মঙালদু
ঙাইনা ঙাইনা অসুম অসুম
হামচৎনববা থরাব মিবেল পুদুনা
মাঙখি নৈচীম্লক্তা মুৎশি মুৎশি
তাম্বা নাইববা শবীক খোঞ্জেলসু
তিনখি অহাঙবা মালঙদা।

তাং ২৭/১২/০৯ ইং

## শান্নমিন্নৈ

পূকচেল মান্নবগী ৱাখল্লোন
তিংলবা থম্মোযগী মশক
থাজনবই মতৌ
ফজবা লোনচৎ ৱাঙাঙ-শাঙাঙ
হৌন খঙবই মতৌ মওং
মাঙখ্রে উনা উনা মীৎমাঙদগী
হঙ্গৎপা যাদনা চেন্থখ্রবা
মতমগী ঈচেলদা যাওখবে।
লেপ্পল্লে ইপাং কনা যাওদনা
ঈচেল থৈখ্রবা ঈথৎতা ইদোম।
নীংশিং ইপোম লাংলকপদা
ঈখৌ লাংজখি, উজনীংখি
পুন্সি খোঙলোয কয়া
কোঞ্জনীংখি থম্মোযদা চেৎনা
থাদোক্লোই খয়া মখোয়বু।
অদুবু, নীংজবা মখোযদুদি
লৈবক্লে পুন্সি তোর্বান ৱাংমদা
লান্না ফংদ্রবা মফমদা।
অদু ফনা ওইদুনস্—
থম্মোয থম্মোয থানদে
আত্মা আত্মাদি নকশিন্নৈ,
অচুম্বা, নুংশিবগী ঈবানা চান্নবা
ইদোম শেমগৎচবা লৈকোল লৈবক্তা
অমকপা যাওদ্রবা বাখলগী মঙলান্দা
শান্নমিন্নৈ চেন চেংনা

মঙলান তাইবং মশক খঙদা
শান্নমিন্নে।

তাং ২৭/৩/২০১০ ইং

## থাদোক্লোই ইমা

মিতমজবকই ইমাগী শিযোম্লুংদা
য়োকপিবকই নথানুংদা নুংশিনা
খজাই লেংওন চূপ্লিবকই তত্তনা
হৈবকই হৈনা-চৎপা নশাইগোন্দা
ইখূৎ শমদুনা তম্লিবকই।
ৱাবক ৱাতেম্বিখি ফূ-চৈখি
তৌহৈদবা তৌকপগী,
চৈনা ফংলবসু হীক্লা কপ্লসু
ইমা ইমা কৌনা কপখি
নহাক্তবু কোঞ্জনীংখি অদুম
নহাক্কী মাযথোংতবু যেংজনীংখি
খঙদে কবি যাদুনো?
ৱাববসু ৱাবা উৎতবা
ঙমদ্রবসু ঙমদে হায়দবা
নচাগী খনবদা অৱাবা খঙদবী
নহাক্কী খাঙবগী থৌনা
নহাক্কী অশেংবা মিনুংশি
ঙম্লোই খক কাউবা নচানা,
অদুনা—
ঙম্লোই খক থাদোকপা ইমাবু।
চৎখিসনু নুংঙাইবতা পাম্বা নচা খূদিং
খুন্দাখিসনু মফম কয়াদসু?
লোৎখিসনু তৌবা ঙম্বা য়াইফবা কয়া
মমাগী তৌবিমল খঙদবা পূম্বা
অথাপ্পা যাইফবা মফম কয়াদা।

থাদোক্লোই ইমা নহাকপু কৈদৌনুং
মীতাং মীপুনগী ঈবাংলক্তা
ঈনা ঈচেল নাইবক্লবসু
নৃপথজসন্ন লেপ থূম্না
থাদোক্লোই ইমা নতাকপু
থাদোক্লোই ইমা।

তাং ১৩/১০/০৯ ইং

## মপৃ মাবু থাগৎচৈ

অফ-ফত্ত খঙজদ্রিবা নাৱাশিং
মচু মমেন শকখঙদ্রিবা অঙাংশিং
উফূলনা ইতে তৈবদুনা
ফজবা অথীবা খন্দনা
পৃমতোপ তোপ্পা সংসাব অমদা
মখোযগী ৱাখল থম্লদুনা
নোঙ্গ্নি, চোংলি, হবাওবি, নুংঙাইবি—
ঐনা স্পাইদবমেন,
নঙনা সুপবমেন
ঐনা তাবজান
নঙনা মিষ্টব বিন
ঐনা তোম, নঙনা জেবি,
মদু ঐগী নোংমৈনি, নঙগী নত্তে
নত্তে নত্তে অমখক্ত নত্তে
ঐখোয মমানা নৈবা নৎত্রা ?
নখোযগী অমত্তা নত্তে
লাউনবি অমনা অমদা।
বন্নাঃ লাউনৈ ফৃনৈ কপ্পে
মুন্নে মানা মানা গোকপা
মখা চীক্কনা হুমাং তানা
লাউনৈ লেপ্পুনা ঐগীনি ঐগীনি
পৃম্লিন নিল্লি শুমাঙদু।
চোশিল্লকই থোঙ্গালদৈ খঙহৌদে
নিপা অনী তুংথ মাঙ্খ
তান্নবকই অমনা নোংমৈ পাযদুনা

দোঙ দোঙ, দোঙ দোঙ—

কাপখি মায়কৈ থুংনা মফম খঙদ'

পূমচীক চীকখি ইচীক হুনবা অহীংগুম।

চপ লেপখি অঙাংশিংগী লাউন-খোংনবা

অচীকপদা তিনখি মীকূপকী মনুংদা।

মুন্নবম্বা নোংমৈ মচা মচা

অমনা অমদৈ মুন্নবম্বা বাববি

তোঙান তোঙান তাবি অঙাঙবা ঈবক্তা।

থব্লায যাওদ্রবা অঙাংশিংগী হকচাং

তগৎ তগৎ তথোৎ তথোৎ

তাবি ঈং তপ্না—

মচু শঙলদুনা ঈগী ঈচেলনা।

মীকপ খংথোক থোকখি ঐ

কবি থৌদোক্রো খন্না পাখৎনা'

অয়ুক্কী কোবৌনা মিহুৎথোঙ ফাওদুনা

যৈবকখি ঐগী মায় মীৎতা

হকচাং নীকখি খাম্বা ঙমদে

নুংশাম্বব হোনখি ফূইনা

থাগৎচখি তাইবং মপূবু

থৌদোক্তু মঙলান ওইবম্বই।

তাং ৫/১২/০৯ ইং

## অনৌবা চাংয়েং

পুন্সি চাংয়েং অমা কল্লবা
ইমানসু তম্বিহৌদ্রবা
পুবক্কে মতম্মা, থুংলবে ইমাগুদা
পূমহোং হোংবা, পূমনৌ নৌবা পাডা অমা,
পূমতোপ তোপ্পা ফিজোলসু
হোংবা তাবি গুসিদি।
অক্নম অয়াং পোৎলূম কয়াসু
থোঙ্গৎপা তাবি ইনঙ্গনসিদা।
রাখলগী পাঙ্গল শোল্ল'সু
পূক্লিংগী মৈবা মমি শান্ন'সু
পুথোক্কনা শক্তি পূম্বা
যাওবা তাবি চাংয়েং পবীক্ষাদা।
কবি কান্ননি অদু নৎত্রবদি
মীওইবগী পবেংদা লেপ্পুবগী
অহিংবা ওইনা।
শক্লীংলকই ঈশৈদুম—
হীকহৈববা খোম্থাংদা
শৈথাদুনা নিঙোল পুন্সি
ফনেক খোয়দোম শেৎলিঙৈগী
কুন্নং নাদা চিল্লিঙৈগী,
মাঙ্গকাদা রায়থুংনা
যূমলেপ চাব' তল্লকপগী
যূম্নুবেম্বী ওইবকপগী
মনেম ফমথোন কাবকপগী।
শিন্ন-লাংদাই লাকপসিদা

পলেম নঙবু নীংশিংঙি
ইমাই খোঙ্গূল মাদুনা
ফিদম পূন্না খোর্মজিন্না
অরাং-অনেম, অবোৎ অফোং
মবোল মবোল থূপচিন্না
থম্মোযদা চেৎনা থমদুনা
লাংওল নীলা মখল কয়া
য়াওবা তাবি মোমোন্নানা
অনৌবা চাংয়েং পবীক্কাদা।

তাং ৭/৭/২০১০ ইং

## যেকহৌবি

অতোপ্পা অমত্তা নত্তবনি মখোযদু
মশা মশাগী ঈবেমখাক ঙাক্কি।
মমা অমত্তই মচানি
তন্বাক অমত্তদা নাউকোনবিবকপা
পৃথম অমত্তদা চামিন্নবকপা।
অদুবু মতম্না পুবকখি
মশা মশাগীনা কনখি
ফমফম মুন্নখি, ইজ্জৎ মাঙনখি
লৈবাক্কী নত্তে মশা মশাগীনি
মখা পোনখিবনি মশাগী অপান্বতগী।
মৈতৈগী ৱাবীনি 'খোংজোম লান'
মৈতৈগী ৱাবীনি 'অৱালান'
ইতিহাসকী তাক্কক্লি খোংজোম লান
অকি তুজুংনীংঙাইনি অৱা লান।
অচৌবনা শোযবগা মচানা মাঙবা
উপালনা তুবগা অশোনবা জীবা শিবা
হৌনবীনি, চৎন পথাপানি লেঙদ্রবা।
কনানা শোযবদগী কনা লাকখিবা?
কবিগী ওইফম থোকপা মীতোপ্না জয়?
চঙলকখিবা মীতোপ্না কনানা লম্বী পীদুনা?
মপৃ শাববিবা মীতোপ্না কনানা ৱাখল থেন্দুনা?
কনানো অথৃপ্পসি উবিফম থোকপা?
কনানো অবোনবদু তাকপিফম থোকপা?
ৱাহং ঙাক্কি পাউখুমদি ফংলোই।
খোবকখি ইতিহাস খোংজোম লানগী

পোলোইদা মেঙথখি পিবাং শীঙ্গুনবি।
থব্রায কৎপগী ব্রাবীনী নিন্নখি
মবৈবাক নীংবগী ব্রাবীদা পোলোইখি।
অদুবু—
ব্রাবীগী শৈহৌদি তাব তৎখি
হৌবকপই লংলা লংজীলদি মাঙখি।
ইবাল, নবাল, পুন্নমকী মবাল
উবিনবা লৈতে সনা ঈ ওাক্রি।
অচুম্বা, অশেংবা পনবসু য়াদে
লাবৈ লাথুপ ইবসু ঙমদে
ইচীন, ইবৈ কেননগদবা ব্রানি
লোত্তাক ওামি থেম্নগদবা পোৎনি
ঙবোং থাউদা চঙগদবা ব্রানি।
অদুনা থোবকখি মীহাৎ মীপুন
ইশাগী মাঙ্গোলদগী
ইশাগী শুমাঙদগী।
ইশা ইশাগী মীৎয়েং খূবদগী
ইশাগী অশোয়বা লোৎশিনবদগী
মীতোপতা তাইননবা হোৎনবদগী
হৈবকখি, চৎনবকখি মথং মথং 'ওইদ-পাদবা'
য়েক্রকখি অসুম অসুম লানগী মশক
ঈ মশেল মবক্তগী।
ইতিহাসকী লামায়দা ইখি
সনাগী ময়েক্রা—
শেমদোক শাদোক্তুনা মক্তুবা ওইনবা।
থৃপ্লবা থম্মোয়দদি ইবি ঈগী ময়েক্রা
সনা ঈগী হৃগী ঈচেলগী মচু লৌদুনা।
অচুম্বদি পামজবা মচীনবুদি মেনশিনস্ত্রবা
অঙাওবা অমগী থম্মোয় লকানুংদা
য়েকহৌবি মৃৎনাইদনা অমুবা ঈতনা

ঙৌববা থম্মোয় কোৰ্কাক্তা
'হৌবকফম লংলা লংজীল অদো'।

তাং ৯/৬/৯৫ ইং

# বিন্দুনুংদা অচুম্বগী

হায়নবদাই নহাকপু থৌজাল হৈবনি
শোন্নবদাই নহাকপু অচুম্বগী মরুপনি।
মতম কুইবেদা ব্রাবেদা ঐদি
মল্লবা শঙলেনসিদা লেপ্লিবা
মখোঙ শির্নাবিনবা লৈত্রবা
কাঁম্বৎক্লবা অচুম্বগী শঙসিদা।
কনামত্তনা থওইবিদ্রবা
তুগদৌবিবা যুমসিদা
লৈবি ইদোম আশাগী মকম থৃপ্না।
হায়নবা লৈ 'অচুম্বনা জয়'
ঙাইবি তোল্লবনা নুমিৎ অদো
অচুম্বনা মাযপাকপগী।
কয়াদা পীকশিল্লবা হকচাংসে
নোংমা নোংমগী অসুম অসুম
কয়াদা খৃজিল্লক্লবা ঐগী লম্বীসু
নোংমা নোংমগী অসুম অসুম'
যাবেকমিন্নবম্বা পৃম্বসু শঙসিদা
চৎশ্রে লোইনা অমমম্ ওইনা
ফুনজিল্লক্লে লোইনা মায়কৈ মবি।
হে শক্রাইদবা'
তংখায় শিববা ননাইগী হকচাংনা
ফকচিল্লবা পৃক্লিংনা, বুদ্ধিনা
কবিবু তৌকনি মায়া মবকসিদা'
উৎকী মপৈ ওইনবু তুপ্লবসু
বিন্দু ওইনা পীশক পীকশিল্লবসু

অচুম্বা কৌবা বিন্দুগী লক্তা
তিনজগে ননাইদি অবোইবা মীকৃপ্তা।
বৃটিশ সম্রাজ্যমুক পাক্লবা
মীনা কৃক কৃক ইন্নববা
মীনম লৌনম্বগী লমদমদুদা
তাজবোই মীৎযেং মীকৃপ'মত্তফাও।
অচুম্বগী বিন্দুদুদগী নোংমদি
থোবকপসু য়াই মশীং থী'ঙমদ্রবা
লৈই কয়া অচুম্বগী
থাম্লদুনা লংলবা মঙালত্তনা।
চাকখৎলকপসু যাই নোংমদি
মযেক শেংলবা অচুম্বই মৈবী
অদুনা ঙাইজবি ঐহাক্তি লেঙদনা
আশা অমগী মকম থৃপ্না
উৎকী মপৈ ওইনবু তুম্লবসু
বিন্দু ওইমখৈ পীশক পীকশিল্লবসু
অচুম্বা কৌবা বিন্দুগী মবক্তা
লৈজগে ননাইদি ব্রাববসু ব্রানা
বিন্দুনুংদা অচুম্বগী
বিন্দুনুংদা অচুম্বগী।

তাং ২১/৮/১৯৯৫ ইং

## ব্রাকৎ

ইমা' নুংশিবী মালেম'
পাউদমফমসু লৈজদে
পোখ্‌ফমসু ফংজদে
পলেম তম্নাকথকসিদা
চাউজবকপা নচাসে।
নীংখিবা চবৈ থোম্লম্বা
মোমোন মীনোক তম্লম্বা
ইমাগী ঈংলবা শক্তমদো
ঙসিদি উজবা ফংজদ্রে।
ঈনা চোৎলবা নহকচাং
পিবাংনা থল্লবা মীৎম্না থম্বাল
চীনবান থক-খা খ্রক-খ্রক কং
পৃক্লিং য়াব্রা ফোঙঙমদা
থক-থক নীক্লা খাঙলিবা
উবিবি কবম্লা নচানা'?
মী মকোক কক্লগা
ইমাই ঙক্তা শিবিবি
মীগী তোংশা মযাম্না
ইমাগী অকোযবদা পৈশিল্লি,
ঙাঙলবা ঈ খূজোক খূজোক
পলেমদা নমদুনা ইনবিবি
মদুসু নবৃকথোক্কী নচাগী ঙাক্তা,
ইমাগী পৃক্লিংগী অপাম পামদা
খনবির্বি কবিবু মখোযনা'?

( ২)

মপৃক্লিংনা পাম্বতং পাযখৎলি
মুন্দুনা লৌবি অতোপ্পগী চাকখাউ
নোক্লি-খেবি চেল্লি-চোংলি
পাঙথোক্লি নীংঙক নীংঙকপদু।
যেন্নবি ফংলকপা পৃম্বা
মচীন তোঙবগা তান্নবি।
অকনবা শক্তিশিং থেঙ্গাযনবদা
মৈশা ফংলি অশোন-অনাশিং।
তুশোন মানশোন লাযববা
মবায়বক থীববা মীওইদি
তুংদসু তেল মাঙদসু লাং
লৈতাদ্রবা শজীগুম
ঝানা চাক্লা লেল্লিদো।
মীকুপ খুদিং পাউনিলখোল
মীকপ মীবাউ তেংথাখোল
পলেম কবম খাঙলিবা?
মাঙহনবিবে পৃক্লিংগী অপাম্বা
তৌনীংবা অমত্তা তৌ'ঙমদবে
কিহনবা, নীকহনবা, মাঙহন-তাকহনবা নত্তনা
কবি থৌবাংবু চাওখৎনবা
পাঙথোক্লিবগে মীনা মীদা?
অমনা তৌবদা অমনা থিংগনি
অমনা শেম্বদা অমনা মাঙহন্নি
অদুগা হায়গনি—
"নঙসু পাম্মু ঐনা পাল্লিবসি
ঐনা তৌবসি নঙসু তৌ,
নশাগী অপাম্বা তৌবা যাবোই
নৎত্রবদি শিবগী দন্দী।"
অচুম্বা আইনলা অসিবু মালেমগী?

(৩)

রায়েল চৈব্যাক পীনবা
    চৈবাপ কুচু মমি শান্নে
চষী কয়া তম্নকবা অাইন
অশেংবা মশক লোংখিবা কুইবে।
যুগসিগী মীবোলগী থাক্তি
    মখা পোল্লে হিসাব হিসাবকী।
মহাপুরুষ কয়ানা তাকপিবন্না
'মালেম্ন অমত্তা ওইনা খনবা
পূকচেল মবাক পাকহনবা'
    কাউথোকখ্রে মীওইবা ওইবশিং।
মালেমসি, পৃথিবীসি—
    মীওইবা কৌবা ঐখোযগীনি
    লেঙলি, পাল্লিবা জীবগীনি
    মহাক্কী ফম্বাক্তান ঐখোযনা হিংলিবা
    মতম্বাক্তনি ঐখোযনা শান্নজাবিবা।
মচু কয়াগী মীযাম্না হিংলিবা
    মালেম ফম্বাকথর্কাসিদানি।
অমেরিকা, অফ্রিকা, অন্তার্তিকা
এসিয়া, অষ্ট্রেলিয়া, য়ুরোপ
    ওইবি গ্রীনলেণ্ড যাওনা
    মালেম পৃথিবী অসি।
মালেমগী তোঙানবা মফমদা
চীং, তুরেল, পাৎ, মহাসাগরদা
হিংলি মায়দবা জীব লাক্ষ লাক্ষ,
    হৌবি চাব কয়াসু মশীং থী'ঙমদ্রবা।
মতৌ অসিগুম্নদি—
    তোঙানবা মীওই কাঙলূপকী
    লোঞ্জল লৈবাং মশাংলি

অঙ্গৈং অশা মান্নদবগী
লৈশক লৈচু খেন্নবনি।

(৪)

ইচীন ইনাও খঙননবা
মফম অমদৈ অমদা মালেমগী
থিগনি ঐখোয় লোঞ্জল লৈবাং।
মফম মফম শীক্ষুংনা
লোঞ্জল লৈবাং থাগনি
লৈখোঙ শোয়া শেমগনি,
লোঞ্জল লৈবাং মতেংনা
মীৎযেং পাকপই মতৌনা
ইচীন ইনাও পুম্বা মালেমগী
অমত্তা ওইনা তিন্ননি,
নুংশি পবে চেৎকনি।
লোঞ্জল লৈবাং মতেংতনা
মালেম্ব শকখঙবা ঙমগনি
অমত্তা ওইনা পূনগনি।
অপূনবই শক্তমদা হিংলবদি
চা ওখৎ ফিদম ফংলবদি
পীক্লবা তোঙানবা লমদমগী
ঐ, ঐগী লৈজবা সংস্কৃতি
কবিগী লংলোই কোবৌগুম
কবিগী খঙলোই পৃথি শীন্না।'

(৫)

লৌশিংগী হৌফম ওইবিবা
পূক্কে কয়া লনগৈ কয়া
থূপচান্ননা থনম্বা
তাবুনুংদা লীবম্বা

অবিবা মক খূজোক খূজোক
পূন্মাঙ মাঙহন তাকহনবা
কবিগী মীৎমাঙদা উকনি।
ঐগী ঐগী মাগী মাগী হায়বা
পীক্রবা ব্রাখলসিতনা
মাঙবগী চৌফম ওইবনি।
মালেম মীওই খূদিংনা
মতম কয়া কাইথোক্লা
লাইবিক লাইশু তম্লবা
থকসি খাসি ব্রাৎনবা নত্তে
লমচৎ ব্যবহার মাঙনবা নত্তে
অতোপ্পই মাঙ তাকহন্নবা নত্তে
নমদুনা শেল মুন্নবইসু নত্তে
শূবা-নোম্বা তম্লগা
অতোপ্পদই শুন্নগা চানবা নত্তে।
মীঙোন্দা মবাল শীনবসু নত্তে
মীযাম হাৎলগা হবাওনবসু নত্তে
অচুম্ববু খৌবী মেৎনবসু নত্তে।

(৬)

লাইবিক তম্বগী প্যান্দমদি
পূক্রিং নৌশিং হেনগৎনবনি
অচুম্বা মশক খঙনবনি।
মীওইবগী পুন্সি তাক্কী
ভক্তিগী লম্বীদু উনবনি।
ইথৌ পাঙথোক্লবনি পূকচেল শেংনা।
লৈবাক্কী সেবা তৌনবনি
অফবা প্রজা ওইনবনি
মালেমদা নুংশিবা য়েন্নবনি
অচুম্বা লম্বী তাক্লবনি

ওইনবনি অফবা লুচিংবা।
ব্রাহৈ খূদিংগী ব্রাহম্লোক
চুম্না পুথোকপা ঙম্লবনি,
নীং-তম্বগী অর্থ খঙনবনি
কৎথোকপগী তাঞ্জা উনবনি
খঙনবনি মশক থরায়গী পোম্প্রাসু।
মফম মতম চানা চানা
ঙাঙথোক-শক্তোকপা হৈনবনি
নোল্লুকপনা খূৎলাযনি খঙনবনি।
চাবোল শূবোল কয়াদা
লৌশিংগী পূক্কৈ থনম্লবনি,
মালেমগী জীব পূম্বদা
যেল্লম্লবনি অচুম্বা, নুংশিবা।
অদুনা পলেম অপোকপী!
পঙলিবা নপাবী নমোমশিংবু
নথানুংদা চেৎনা কোনবিদুনা
খজায লেংওন চূপ্পা চূপ্পা
তম্লুবগী কান্নবা পূম্বা
তাম্লুবগী ফজবা খিবিক
তাকপিবম্মু অমুক্তা
তাকপিবম্মু অপোকপী।

তাং ৩০/১২/০৬ইং

## পলেম' শৈরোল

ইমাগী ইবুংঙো য়োইহেনবা৷
ইমোম ওইবী তনৌবী৷
    লৈবাক নীংবা অথৌবগী
    মাব খোঙ্গুল লীবগী
    ৱাবী শীংবুল তানা তানা
    কংলৈ খুন্নাই শোন্না শোন্না
    তূমখুল তান্না লৈবিবা
    মঙফাওনবা ঙমদ্রিবা
    খোল্লেন মীকপ খোক্রোনে।
পন্থৌ ইংখোল চাউগোন্নুং
মালেম লৈকোয়নুংদা লৈবনি
    খবায় খোঙ্গাল লাম্থোক্রো
    অঙানবদা খোবক্রো
    ঙমখৈ নাইদ্রবা মালেমনি।
ইপা ইপুই য়ুম্ফম শঙলিঙৈ
চংনবী শম্বল শেল্লিঙৈ
    পুন্সি তংখায় হৌখবে
    মমশিল্লকপনা হাল্লনি।
    নঙগীসুনি, ঐগীসুনি
    মাগীসুনি মালেমসে।
তেনখববা পুন্সিনি
তৌগদবনা য়াদ্বনি
    মালেম অসে শিন্দমশঙনি
    তম্মীংবা খূদিং ফংবনি।
ঈখৌলাংবা পোক্রোনে

অমজহৌনে, খিজহৌনে
নৈনহৌনে লৌজহৌনে।
অনৌবা মবোল মবোলদুনা
অবিবা পৃক্কে ওইব্ককনি
চাবোল শৃবোলগী ওইহৌনি
মসি খক কাউগনু,
থাফদ্রবা নথৌনি
খোল্লেন মীকপ খোক্লোনে।

তাং ১৩/৫/১০ ইং

## লৌশিনবিযু

নঙগী নপোৎনি নঙগী নবলনি
লৈজবিবা পৃম্বা মীওইবদা
ওইজবিবা খৃদিং ঐখোয়গী
নঙগী ঙাক্তনি পৃম্নমক।
ফজবা, অথীবা, অন্নাবা নুংঙাইবা
লৌশিনবির্খিনি শোযদনা
নোংমদি নঙনা।
শান্দোকপর্তনি নপোৎ নবল পৃম্বা
মতম খবগী ওইনা তাইবং পৃম্বদা
শীজিন্নজৌ হাযনা নহাক্না
ইনীংতমজৌ হাযনা ঐখোযদা।
অশিংবা কযানা অথোইবা কোক্নাযনা
মথৌ খঙনা পুক্নি লেনবনা
ফংজবি পজেং ফীবাল তাইবংদা
লৈতেংলি লংলবা লেঙদ্রবা মিংচৎনা।
অথোইবা আত্মা ওইববা মহাক্তি
মঙালবু চাইবশ্মী তাইবং শীন্না
অমব ওইহৌই যুগ কযাগী।
অদুগা—
তিনখি অমম্বদা ফত্তবা মহাক্তি
অমোৎপা মনুংদা উৎ ওইনা মাঙখি।
অঙকপা লৌশিংনি অঙকপা নহাক্কী
উক উক লৈবি হন্না হন্না
অমম অঙানগী চক্র মনুংদা
শেংদোকপিবি অমুকসু

মীওইবগী আত্মাবু।
লৌশিনবিযু ইবুংঙো' পূম্নমকসে
নপোৎসে নবলসে
লৌশিনবিযু ইবুংঙো মতমদুনা লাক্লবদা
লৌশিনবিযু।

তাং ১৪/৫/১০ইং

## ব্রাহং

মতম অমগী সনাবৈ
শাংখিদ্রে মকা লাম্না
লৈথিবীশিং লাকখিদ্রে ঙসিদি
যেন্দায় থন্না লৈ হেক্তে
'সনাবৈ খিত্তা হেকচগে'
য়ুমথোঙ খুদিং চঙলম্বা
লৈত্রে লাক্তে ঙসিদি,
খুংলাম তোয়না কৌবফাও
লার্কপখিদ্রে কনাসু।
হাব উঠান নুমিৎতা
মেবাগী পূর্ণিমা থাবলদা
শাবী শানৌ কয়ানা
অহল লমন পুন্ননা
খোঞ্জেল বাংনা শকখিবা
'জয জয বাধে গোবিন্দ বাধে
বাধে বাধে গোবিন্দ বাধে'
হবি ধ্বনি তাবদা
পুক্লিং ইনৌ নৌখিবা
বাখল তশেং তশেংবা
ওইত্রে পুমহোং হোংলবা।
মতমগী মন্নবা লৈচীলনা
কৃপশিনখবে থাজদনা।

(২)

মমাগী শেগা তাংজবিবা

কেনা নৌনা লৈজবিবা
পীক্লিবা নাব্রা ওইবশিং
মক ময়াঙ খীংনদি
কোযনা চেনবা হৌবক্লে
শাবেপ য়ৌদনা মপূং ফাবে।
চানীং থক্লীং অপূম্বা
মনীং তম্মা চাশিল্লে।
হৈনা হেক ঙম্লকপা
মবোল হেক থোক্লকপা
কনাগী মরাসু তাদবে
মপান লোইনা থোবক্লে,
মীকি লাইকি লৈতবে
লোইনা তেমশীংনবক্লে
ফান-পুন্না' ঙম্লদ্রে।
পীক্লিবী নুপীমচাশিং
শান্নখিদ্রে চাকথোংবী
পাম্নখিদ্রে লাইলাৎপী
অহোংবনা নক্মৎখ্রে
অথোৎ অমেং মাঙখবে।

(৩)

কবি' খঙজদ্রিবা নিপামচাশিং
মমীৎ মমায খুর্মজিল্লি—
মখৃত্তা চৈ পাযদুনা
কন্না কন্না লাউবকই
'হৈ, ঐ নহাবোলনি,
নঙনা আই আব বি
ইবান্নী হাৎতোক্লদোইনি
নঙ শিগদবনি ঐনা কাপ্পদা।'
কাপ্পি নোংমৈ দাং দাং

ফৃবিখি অমদু শাথীনা
চৈখি, লাউখি, কন্না কন্না
'কবিগী শিয়ু য়াদে নঙ?'
যৃমথোঙ কয়াগী খৌদোক্লি
খুল্লক-ঈবক লমজাউ সডক
লাউনৈ খোংনৈ পৃন্নাঙ লাঙনৈ।
ইমুংগী অহল লমন পৃম্বা
ফৈ ফত্তে তাকপিদে
তৌহে তৌহেদে হায়বিদে
অথৃকপা পোক্রদে থম্মোয়দা
লেল্লি মানা মানা থোকপা।

(৪)

যৃমগোইবীশিংসু লেল্লি মতম
পৃল্লপ পৃল্লপ সঙ্গু সঙ্গু
নোক্তুনা ঙাঙদুনা
ক্বা ঙাংশং চাদুনা।
কনানা দুবি শান্নৈ
মচীন্দা চুকট চিংদুনা,
কনানা লড়ু শান্নৈ
শেল থান থানদুনা
যৃম্লোন লান্না হৌনা নোকই
নোকই খেক্রা খেক্রা
ব্রাংমা লানবমখৈ যৃম্বানলোন।
মমানা মমাই থোকপা
মচানা মচাই থোকপা
ফৃনৈ চৈনৈ নুমিদাং ওইবগা
পৃন্নাঙ লাঙভি কপ্রে লাউনৈ,
নিপানা লংখায় পৃখম তেঙ্গোং
থক থক নীকই যৃমথংনবা

হিংফম খঙদে ঈং-তপ্পা,
লৈকায় শবা শল্লি
ইংখোল পোবোং থোকই।

(৫)

তৌই অঙম্বসু তৌনীংবতা
খূৎ থিল্লুবগী অবানবা তৌবদা
ককথৎলি মখূৎ অচুম্বা তৌবদু।
অদুগী অদু মঙায় মনাইশিংসু
তৌই মানা মানা তৌনীংবা।
রাখল মযোল চোংবতা ঙাযজবিবা
নৌজবিবা কযা কয়া
শান্নপোৎকুম মাঙহল্লি
যাই য়াদে ফৈ ফত্তেগী খেন্নবা
কুইবক্রে লৈবক্তুবা মীওইবা মবক্তা।
লমন খুন্নীংবা ঙাক্লি থম্মোয় থম্মোয়দা
কল্লক পেন্নবা ঙাক্লি অমনা অমদা
উদ্রে অমত্তসু তক তকবা থম্মোয।
অদুবু নীংশিংগদবদি—
মাঙহৌগদবদি শূথাং শূথাংতনি
মবাল লৈজদ্রবা অঙাংশিংতনি
খূনগৎপা যাদনা কেমহৌবনি
মরু ফংনা মাঙহৌবনি।

(৬)

মাঙখ্রবা মীকূপ খক লাক্রবোই
হাঙহৌববা লৌশিং অদুম হাঙহৌবনি
খক ঙন্নবোই মেনখৎপা
ফম কম্যাবক থাদোক্তুনসু লুচিংবনা
ঙন্নবোই মেনখৎপা মাঙখ্রবা 'ঙসি'।

ঙসি তৌখিবা থবক্কী মহৈদুনি
ফংগদৌবিবা তুংগী পুন্সিদা।
মাঙহনখিবা মতমগী মহৈ ওইনা
পাইহনখিবা অঙাঙবা ফীবালশিংদুনা
নাব্রাশিংদা হেন্না তাববি
মীহাৎ মীপুনগী মমি
চাং যেংনীংলি শীংনবা, ফ্রন-চৈনবা
ঙাওনবি লাউনবি অকনবা খোঞ্জেলঙাক,
যাক্রবা খোঙ্গোক্রা বজ্র তাবগুম্নে
থক থক নীক্নে সনা লৈবাক।
ঙসিদি—
শীনম্নে মালেমগী মফম খুদিং
মতমগী রাবা শীংবুলসি
অকি-ভুজুং থৌদোকসি
ঈ মশেল চাযনবসি।
লৈমৌবনি মৃৎনাইদনা
অকি-ভুজুংগী মর্মসি
জাতিগী যুম্বীবেল শেম্মক্কদৌবিবা
যুম্নবেম্বী যুম্নবেনবা ওইবক্কদৌবিবা
হৌগৎলক্লিবা অঙাংশিংগী থম্মোযদা
অসুম পেম্মোক্লসিবা অদুবু ?
অর্মেবিকানা ঙব্বা নত্তে
রুশিয়ানা হেনবা নত্তে
জর্মাননসু শুকঙম ঙম্লোই
লৈবাক চাউজবৈ ব্রাতনি
মীনা তৌনপোৎ নত্তে খন্না
অসুম্না অসুম পেম্মোক্লসিবা ?

তাং ১০/১১/০৯ ইং

# কায়হল্লে পুন্সিগী হিসাব

মুন্না মুন্না য়েংলি মমি শান্নবা পুন্সিনা
লোইশিনবা ঙমহৌদ্রবা পুন্সি শৈবেং
অফ-ফত্ত অচুম-চুমদা যেৎনববা
অবোইবা নাইদ্রবা শৈবেং।
শীজ্বক্লি মদোম মীৎলু পিবাং
মৃনা য়েংলুই অনৌবা ময়োলশিং
অদুগা য়েক্লি মল্লবা তুবিনা
মাগী শৈবেং পবেংলক্তা কবিনো খঙদ'
পুন্সিনা পুন্সিবু মিহৌনা।
তাবমদাই নুমিৎকী মঙাল উবগা
চাইখাইবি মাগী শৈবেং পবেং
পাঙ্গল থেক্লা হুমাং তানা।
লাউবকই থাজদ্রবা খোম্লোক্লা
"নহাক লেপখো চৎখিনু
কায়হল্লে নহাক্লা
ঐগী পুন্সিগী হিসাব।"

তং ২৮/৮/১০ ই.

## তানসি লৌশিং

নুপাদি যোৎনি
য়োৎকী থম্মোযসু পানবনি
তৌনীংবতা তৌবা ঙম্বনি
অপাম্বতা চাবনি
অপাম্বতা থকপনি
উববসু উদবনি
উদ্রবসু পুম্নমক উবনি
অফ-ফত্ত চপ মান্নবনি।
তৌক খুদিং লেমজবনি
অতোঙবদা লেপ্পনি
শাউদোবকপদা চীং লেম্বনি
তৌবিবমখৈ পকচবনি।
তালোয় মশীং যাম্লবসু
শোন্নগনি 'নুপানিদনা'।
ফত্তবা চীঞ্জাক চাববসু
থাগৎনগনি 'নিপা থোকপনি'
হায়নগনি 'চাংযেংগদবনি খুদিংমক'।
পাপকী লম্বীদা চঙলুবসু
নুপীতনি পাউথোকপিবা
নিপাদি অশেংবনি অকবনি
ইছোকপিনি নুপীবুদি
ওক্তবীনি হাযনবিনি
তিনশীৎ মায়শীৎনবীনি।
পাযথোক পাযশিন হৈবনি
থাদোক থাজিন ঙম্বনি

ফত্তবা তৌবে নুপানি
নুপাই নুপা থোকপনি
কৈনা মযেক মাঙববা?
নুপীদি নোল্লুকপীনি
নুংশিবগী মূর্তিনি
তৃংনফমনি অপাম্বগী।
অনীংবদা চৎপীদু মপুবোইবৈ
অপাম্বতা তৌবীদু
সতীমক্তি লেঙদ্রবী।
শব্দ-শয়াঙ তেক'খৈ শূবনা
নুপীজাগী থৌদাংনি
চাবা মচেৎ তৃম্বা মচেৎ
মপুবোইবগী হোৎনবদা
মচাশিংগী খঞ্জবদা
পুক্সি থৌদাং ওইবীনি।
হাযনৈ শোন্নে থাগৎনৈ—
'মহাক্তুনি অশেংবী
মৈতৈ নুপী অথোইবী।'
তত্তনা লাউজবি থম্মোযনা
খোঞ্জেল থোকপা ওমদ্র'সু—
"হে সতী কন্যাগুম্বী!
মৈতৈ নুজা লাইবক চাউবী!
পান্দর্মসিগী লীক্লম কাযদ'
চেকশিন্না থাংডু, খোঙফম কাযনি
তেকখিনি শম্বল নশাবু খাবিবা
শেমজিল্লু কয়া
য়ৈশিল্লু য়ুংলিবা উচ্চক—
অদুগা খল্লু—
কবম্বা পান্দ্বৈ থিবগা
কাম্পোক্তুনা অমুক্তং শম্বলগী য়াংমদা

যৈহৄনসিগে পাকচাউববা মালেমগী
শেংলবা ঈশিং নুংশিংনা
লৈখাঙ চাববা হকচাং অদো—,
অমুকসু খল্লু—কবি পাম্বৈ লৈবি ''
মহৌশাগী শেংলবা ঈশিং নুংশিংতা
পাক্লবা অতিযাগী মফম খুদিংদা
মঙাল থুম্না যৌবা ঙম্লবা'
কবম্না ফংগনি অদুগুম্বা মঙালদু
কবম্না যৌগনি শেংলবা মফমদু।
চঙজসনু মতম, নৈহৎসনু হকচাং
হৌবসি চঙশিনবা খুৎশম্নসি
লৌশিংগী মঙাল থিবা
থৃপ্লবা লুববা পৃক্লিংগী ঈবোম্নুংদা।"

তাং ১১/৫/২০১০ইং

## অনৌবা শক্রোন

পীক্লবা মযোলদই চোংলকই
হৈবাং লৈবাং খিবিক্কী
নৌববা মনা অনীখক,
তনৌ তনৌ তদেক তদেক
পাম্মৃজে মীংনা যেংবফাও—
অনৌবা মযোল মনুংদা
তাবম্মী খোঙ্গুল মচা শকখঙদবগী
চোংখৎলকই খোঙ্গুলদুদগী
তনৌ তনৌবা মযোল মশীং থী'ঙমদ্রবা
শন্দোকখি মীৎযেংগী ব্রাংমফাও।
মহৌশাগী ঈবানা থীকপদা
শেন্নকখি অনৌবা শক্রোন অমা
লৈথক লৈখা অনী খোন্না।
লৈখল কযাগী ফজবা লৈবাং
মখল কযাগী নীংথিবা হৈবাং
হৈনম লৈনম্না শীল্লে মালেম।
শকখঙদবা চেক্লাগী শৈহেক্রা
পৃন্নিল নিল্লে মালেমসে
মশীং নাইদ' খোইমু খোইবা
পাইবক্কে তোংলবে লৈহী চৃপ্পবে
ওইববে তৃংনফম জীব পৃম্নগী।
শকমান্নদবা জীব পৃম্বা
পৃন্না হিংমিন্নৈ পৃন্না চামিন্নৈ
শান্নমিন্নৈ চেন্না চোংনা।
তাইবং পৃম্বা পোখাফম

অচুম্বা ফজবই তূংনফম
অমব খুভম ফংনফম
শেন্নবে মখোয়না অনীশুবা স্বর্গ।
অনীশুবা স্বর্গগী অনৌবা শক্লোন।

১৩/৪/১০ইং

## শন্দোকপিয়ু লৈনম ওইনা

অতোপ্পগীগা য়েংনকব্বদি
কযাদা হল্লুবিবা অৱাবগী চাং ঐগীদি'
অৱা চৈথেংনা য়েবদা
পিবাং পিবোযনবদা
মহুৎ শিলহল্লি অদুম—
হবাও মীনোক্লা
অদুগা, খঙহল্লি ঐঙোন্দা—
'অৱা নুংঙাই অনীনা
পূল্লগা শেন্না তাইবংনি।'
অৱাবা নংলগা হেলহল্লি পাঙ্গল
হেন্না হেন্না ফংহল্লি থৌনা।
মসিদবু কবিগীনো—
থৌজালহৈবা কৌবোইদবা
কবিগীনো হাযবোইদবা
নুংশিথোইবা হাযনা নহাকপু?
চৎকে ইনীং, লৈগে ইনীং
কবিগী থোকপগে ইনীংতম্ফম
লীলাবু কাউদুনা মপু নঙগী?
ঐনা কপ্পি—কবিগীদমক
নঙনা পীবিবা নুংশিবগীদমক
হবাওজবি ঐনা কবিগীদমক
নঙনা উৎপিখিবা থৌজালগীদমক।
মৈ ঈর্কপিবদগী ননাইবু হন্না
ঐগী হকচাং কয়াৎ পূন্না
শক্তি লৈবক্লে নোংমা নোংমগী।

মীৎমাঙদা উহল্লে ফজবা ঙাক্তা
স্বৰ্গগী ফজবা স্বৰ্গগী নুংঙাইবা
ফজবা নুংশিবা অনীনা পূল্লবা
নওগী লৈকোল লৈবাংলক্তা।
ফজবগী ফজবা, ফজবা ঙাক্তা
জীবগী নুংশিবা, মীওইবগী নুংশিবা
নুংশিবগী নুংশিবা নুংশিবা ঙাক্তা।
পেঞ্জবে মীওইনা পোকচবগী
মহৈ য়াঞ্জবে হিংজবগী।
ফজবা পূম্নদই ফজথোইবা'
নুংশিবা পূম্নদই নুংশিথোইবা'
ঐগী থরায ঐগী পৃক্রিং
ঐগী অৱাবা, ঐগী নুংঙাইবা
হিংজবিবা ঐগী পূন্সি
পূমকৎ কৎচবে লৈজবা পূম্বা নফমদা।
লৌশির্নবিয়ু লৌশিন্নীংবা মীকৃপতা
তিনজগে থরায লৈবাংনা
নখুয়া থম্বালগী লৈযোনদা,
শব্দোর্কাপযু লৈনম ওইনা
মালেম তাইবং মকোযদা।

তাং ৩/৯/০৭ ইং (অনাবগী ফমুংদা')

## হল্লকখো

পন্থৌ শঙলেন থাদোকুনা
লম্বী লম্ফাংনম্রবা—
ইমাগী পাবী চাউদ্রিবা'
পলেম নুংশি ঈচেলবু
পাবীদি নাব্রা ওইবনা
ব্রাখলনা লাম্বা ফংদ্রবোই।
পাবী অদোন নহাকপু
তাইবং ফাওনবা হোৎনবদা
পলেম্না কয়াদা ব্রাখিবা'
শিয়োম্লুংদা মিতম্লিঙৈ
তাইবং মপুবু থাগোম্নজ
মীথোই মীহেন ওইনবা
থম্মোযনা কয়াদা খঞ্জখিবা'
লম্ফাংলবা তাইবং পুঙ্গিনি
লম্বী খনবা লুবনি
নাবক মোংশোংনা থনবনি
অচুম্বা মায়কৈ তাকখিদ্রি
ব্রাবক ব্রাতেম ব্রাৎলিনে
পাবী কাংদোং ফাদ্রিনে।
কুমজা কুমওন য়াম্লগা
পাবী নীংঙম্লক্রোইনে
হল্লকখোনে নহাকপু।
পলেম ইথানুংর্দদি
পাবী, চেৎনা কোনগেনে,
'মালেম লৈ'না লৃম্ববা

পলেম ইমানা মকম্মী
কোবৌ নোংদোলনা ব্রাংববা,
পম্মৌ ইপানা মরাংঙি—
ফজথোইবা পাউমেনসে
পাবী নীংশিংলখোনে।
খাম্বী মৈগী মৈশাদগী
লাইজ ঈচেল ঈবৈদগী
পাবী নঙবু শেম্নবকপা
অহীং কয়া মীৎশেন খাঙ
নঙবুতবু ঙাকচবকপা
পাবী কবি খঙদবা।
কুমজা কুমওন য়াম্মক্রে
পাবী চেংলৌ উদবা
কোবৌ মশীং খঙদবে
পলেম তূমখুল তান্দবা
উনীংবনা খোযবাঙলে
অঙাওবীগী পান্দমগুম্লে।
ইমাগী ফৈবা তাজিলথক
নুংশি চান্না কোন্দুনা
তবা চইন তমখিগে
পাবী, নঙবু লাকখোনে।
নিতি নুমিৎ খূদিংগী
খবায থোঙ্গালদা লেপ্তুনা
ইমানা নঙবু ঙাইবিয়ে।
পাবী নঙনা লাক্লিফাও
তবা চীন্দমলমখিবোই
পাবী লাকখো হন্নকখো
ইমানা নঙবু ঙাইবিয়ে।

অং ১২/১১/৯৯ ইং

# মসিতনি ৱাজবিবা

মতমগী ঈচেলগী তুংইন্না
অহোংবা কোঙ্গায লাক্লেদো
ইকায় ইকি ৱাংমা লাপ্লে
হাযনি হাযবোই খঙনদ্রে
মসিনি ৱাজবিবা থম্মোযনা।
মীওইবগী অধ্যাত্মীক্কী মঙাল
ফজবা নীংথিবা অচুম্বা ৱাখল
লৈত্রে লোইনা মাঙথবক্লে
মসিনি ৱাজবিবা থম্মোযনা।
হাযদোকপা যাদবা ৱাহৈ কয়া
তৌফম থোক্তবা যৌদোক কয়া
ঙাঙথোক্লে পাঙথোক্লে ইলায লায়না।
'অবোনবা' হাযবা 'মুক লৈত্রে
অথীবা হায়বা 'মুক খাক্লে
মসিতংনি ৱাজবিবা থম্মোয়না
মসিতনি কিজবিবা পোলোইগীদমক
হৌবক্লিবা পীক্লিবা নাৱাশিংগীদমক।

তাং ২৬/৩/০৭ ইং

## খঙজবে

হে শক্লাইদবা'
তৌফম থোকপনি লোইনমক
খাঙফম থোকপনি পূম্নমক
ইপাপনা ইপাপ চাজবনি
তৌজবা কর্মনা ফংজবনি।
নহাক্তি লম্বী যাৎপনি
ইথৌ পাওলিবদি মীওইবনি
তাইনফম লৈতে কনাদসু
তেংথাফম থোক্তে কৈদৌনুং।
কনানা যাইফবা মওইবি
কনানা যাইথীবী মহাযবি
নোংদম্বদা তাইনবি
পুন্সি মাঙগে তেমশীংলি।
ব্রাববসু ব্রাসনু
যেক্ল তীংখংসু লৈসনু
মায়া মথিচিকাসু লাকসনু
হাৎকে তৃপকেসু খনসনু,
থোঙফম মচী লেঙলবোই
অমুক কিবা পোক্লবোই।
অব্রাবা পৃম্না চাংয়েংনি
নুংঙাইবই মমি তম্বনি
তবাম্না ওকফম থোকপনি
মপুনা পীবা মনানি।
নহাক্কী খৃৎশেম্ন কাউজবোই
খোঙফম মচি লেঙজবোই

খাঙফম থোকপনি পূম্নমক
তৌফম থোকপনি লোইনমক।

তাং ১৪/৫/৯৯ ইং

## থম্বিনু

থম্বিনু ঐবু মফমদুদা
    বাংলবা চেকপলনা কোয়শিনবা
    নুংঙৌগী যুবা মনুংদা।
    খুৎশেমগী লৈবাংনা ফজহল্লবা
    সনানা ময়ুং কাববা
    লুপানা মফেল ওইববা
    পর্দা মকমদা নীংথিবা।
তাইবংনা ঈশ্বোর্কপিববা
পাপচেল্লবা পিদোল্লবা
কনা লৈজদ্রবা তোল্লবশিংগী
শমু হকচাং শোক্লববা
মালেম শীন্থুংনা কোযক্ববা
    লিবিবা নামিবা নুংশিৎকা
    শান্নজনীংবনি ঐদি –
    তাজনীংবনি অবা নুংঙাই ৱাবী শীংবুন মালেমগী।
থম্বিনু ঐবু মফমদুদা
    বাংলবা চেকপলনা কোযশিনবা
    নুংঙৌগী যুবা মনুংদা।

তাং ১০/৭/১০ ইং

# কৌবিনু

কৌবিনু কৌবিনু কিজেনে লাকচবা
লৌনম্না থল্লবা তাইবং মীবক্তা।

নোংলেনগী হৌবকফম মঙালগী তূংনফম
যেংজগে থিজগে মহাক্কী লমদম।

অহৌবা লৈত্রবা, অবোইবা নাইদ্রবা
যেংজগে থিজগে, মহাক্কী লমদম।

নুংশিবই হৌবকফম, অচুম্বই তূংনফম
থিজগে কৈদনো মহাক্কী লমদম।

হৈনম্না চূববা লৈনম্না হাববা
থিজগে কৈদনো মহাক্কী লমদম।

অৱাবা নুংঙাইবা কাযনবা তিন্নবা
খেন্নবা লৈত্রবা থিজগে লমদম।

কল্লকপা মিহৌবা নাপল লৈত্রবা
পামজেনে ঐনা শান্তিগী লমদম।

অহৌবা অবোইবা খেন্নবা লৈত্রবা
ওইজগে ঐতগী মঙালগী লমদম।

## চৎখিনি পূন্না

হিসাবকী চেনাশিং
মথং মথং অমদগী অমা
অশাংবা অতেনবা
মবোল মবোল ৱাংবা হেনগৎলক্লি।
নুমিৎতি তাশিল্লক্লি
মতমদি লৈবক্তে
শিন্নকনি কন্নাদা হিসাবকী চেনাশিং।
চাওখৎপগী কল্লবা ঈবৈদা
তাউথনবি পূন্নমক।
পূনশিনবা, চান্নবা, নুংশিবা
লৃপথ্রে লুববা ঈবোন্নুংদা।
তাউথনবি মযাই কানা চাওখৎপৈ তোবৈদা
পূর্নশিন্নবি মানা মানা পান্না মওংদা।
তান্না তান্না তান্নবে
অমনা অমবু উনদ্রে
থম্মোয় নুংগুম কন্নবে।
কর্মদি তৌবি হৌনৈ হায়না
পাবী ঈমোম ফংজবে
আশা ময়োল চোংজবে।
অন্না-পোৎলৃমসু পুবক্লি
লোইনাইদনা মথং মথং
পুনা পুনা কোকথোং কয়া
ইচাগী ৱাখলদা তুংগী আশাদা
পোকখিদে অন্নাবা
হিংলক্লি অসুম।

মতম্মগী শাফূনা য়েবদা
     লোইশিন্নক্কে শক্তি পূন্নদি
যৌদাং য়াবগী অঙম তানবদা
     ইন্দ ইয়াঙ পূমতেক তেক্কে।
পাঙ্গল লোইবক্কবদা ঙসি
লনগী মপুসু ওইদ্রবদা
অহীং নুংথিল খাযদনা পূন্নন্না মীযাম
     নুংশিবা ব্রাহৈনা নিন্নন্না
     নোক্কা, ইতেং পাংবিখিবা
অমমম্ ওইনা লৈবমদ্রে
     মপাউ অমত্তা তাখিদ্রে।
কন্না উদ' কন্না য়াওদ'
লেপ্পন্নে ইবান্নীখক্তং অহাঙবদা
     শাগৎচবা আশাগী ব্রাংমদা
     ইপুবোইবা অমদি ঐহাক।
বিধাতাগী খূৎশেম্নি পূন্নমক
মহাক্কী খূবামনুংদনি ঙম্নমক।
ঙসিদি, নুমিৎ থাগী অঙানবা মঙাল
     মুৎলি মুৎলি তৌবক্কে
হিসাব শূবা লোইদনা
     হনবা তাবমাল্লে ঐখোয
অদুবু, চৎখিনি অদুম ইবান্নী
     খূৎ শম্নদুনা পূন্না
থাদোক্কমদুনা পূন্নমক
     আশা পূন্নগী ব্রাংমদা,
চৎখিনি অদুম ইবান্নী
     চৎখিনি পূন্না
মপোক অমগী আশাগী মঙালদা।

তাং ৩১/১/০৯ ইং

## অওনবগী মৈবীবক্তা

ইমা'
শান্নজখি নতস্বাক্তা কম্যাবক
কুমজা কোঙ্গায় নীংঙাইদনা
ইনীং ইখা তমখি
নোক-খেখি।
হৈবাং ইনাং তম্না চা
লৈবাং ইখা তম্না চিন
লেঞ্জখি কুমজা কম্যা
কাউবা ঙম্লোই নচানা।
লৈহাও চেন্নবা কাঙখৃলদা
লিংখি অনৌবা চাব কয়া।
যৃমথোঙ খৃদিং' মীযান্না
অবিবা মক খৃজোক খৃজোক
শবা শন্না চাইজখি
মীকৃপ কাংদ' মালেম শীন্না।
পৃক্লিং ব্রাখল পৃমথন থনখি
থম্মোয় পাথোকখি নুংশিবনা
ঐগী, নঙগী, মাগী খায়বমদে
লৈবমদে কৈদৌনুং ব্রাংলবা নাপল
পৃন্না শক্লম্মী অপৃনবই ঈশৈ
চংনবম্মী 'মৈবিংবা' অপৃনবা ব্রাখলদা।
অদুবু ইমা—!
ওন্ন-তৈনবা থৌদোক ব্রাথোক
মান্নদ্রবা লীচং শাজং
কবন্না ওইখিবা কবিগী হোংলকপা

থিকনি কবম্না লংলা লংজীন।'

তাইবং পথাপ্নি অহোংবা হাযবসে
অদুবু মাঙলিবসে 'অচুম্বনি'
মায়পাক্লিবসে 'অবানবনি'।
লাক্লিবা চহীচা অসিদা
নমথদুনা থমথ্রে অচুম্বগী লৈবোল
লৈবোলগী মথংদা লৈবোল।
পোংথাম্নিন্নবম্বা কযাসু
নুংশিবগী মশাইগোন্দা
শা ওনখ্রে শাহীং চাবা।
কৈদৌঙৈ উবক্কবা অশেংবা তাইবং মী?
উজনীংঙিদা ইমা—।
চাকথেকপদো পাপচেনবশিংবু
তাঙ্গোয তানা অখাকপা লৈতনা।
মীগী শক্তমদা শাগী পৃকচেল চেনবা
শাবমচং চংপশিংনা চাকথেকখিবদো
অওনবগী মৈবীবক্তা,
উজনীংঙি ইমা নচানা
অবোইবা মীকৃপ লাক্লিঙৈ।

তাং ৫/১/২০০৯ ইং

## মতমদো

হে শকউদবা'
নৈবি হাযবদি মখঙবা'
নহাক্কী থৌজাল মপাল নাইদে
থম্মোযসি পেল্লি নতৌদা
চিংথোক চিংশিন শান্নবি নঙনা
অমুক নোকহল্লি অমুকসু কপহল্লি।
শকমান্নদবা, পূকচেল খেন্নবা
মশীং নাইদ' শেল্লি শাবি
পুথোক্লি ন্যোংম্মা কাংদ'
শাথীববা মীবোল মবোল মবোল।
অদুবু নহাক্তি সাইন্টিষ্টনি, সাহিত্যকাবনি,
শৈবেংবনি, শৈবাংবনি
শৈশকপনি লেপ্লাইদ্রবা।
হৌখিবসু নহাক্লি
ওইবিবসু নহাক্লি।
শাউসনু অপঙবা মী ওইবনা
চৈসনু পেন্না নহাকপু
চঙজবি তোল্লবদি রাজগে, কপচগে
শকচদুনা নগুণতবু, নুংঙাইজগে অরাবদা
নৈহৎপিযু তোযনা তোয়না
রাহনবিযু হন্না হন্না
নীংশিংদুনা নপাউবু লেপ্লা নাইদ'
ঙাইজগে মতমদু অবোইবগী।

তাং ৫/১২/০৯ ইং

## মীনা মী ওইদ্রবদা

লেপ্লি ঐহাক চীংদোল অমদা
তাইবং মপৃগী খৃৎশেম্বু উবদা
প্রকৃতি ইমাগী শক্রোনবু য়েংবদা
তপথদ্রবা ঐগী থবায় মিবেলসি
হামচৎ হাপ্নোইনবকখি
তনীক তনীক কিজখি
উকবদা অহোংবা শক্রোনগী।
পাক্লবা মালেম লৈকোয়দা
মপুগী ঈঙ্গিংতা হিংলিবা জীবশিং
মনীং তম্না হেল্লক্লি
তৌনীংবতা তৌবক্লি;
মশাগী শক্তম ময়েক লাবি
অতোপ্পগী মতেংনা হিংবনি কাউবি।
নাপল রাংবশিংদগী খোবক্লি
শাববা মনিলশিং লেপ্লাইদনা।
শন্দোকখি মনিলদুনা মায়কৈ শীন্না
লাউবা হেনগৎলকখি
লাঙবা হেনগৎলকখি
ওইদ্রে অঈংবা মালেম।
ময়াই অসুম কাবকপনা মীওইবা
মথন্তমক উজবে, চাউববা মালেমসিদা,
মশা মশাগী নাপলতগী মৈখূনা
মমশিল্লক্লি অসুম মালেম ।
ইমাঙদা উজবম্বা মপুনা য়োকপিবম্বা
ফজবশিং, নীংথিবশিং

কৃপশিল্লক্রে অমস্থনা।
পূস্মম মমশিনব্রে মালেম
লাউনবে হা হাকাব মায়কৈ খৃদিং
মথন মথন্তগী খল্লু' খৃদিং।
ঐনা উকন্বা চীংদোল খৃদিং
ঙাংশাং ঙাঙবা মৈবীনা শীল্লে
কাপথোবক্রে মৈগী ঈফুৎ
মায়কৈ ফাংনা চেম্বক্রে
মীকপ মীবাওখোলনা নিল্লক্রে।
হাৎনবগী লেপ্পা লৈত্রবা
খৎনবগী লোইবা নাইদ্রবা
তোঙানবা জাতি, খেন্নবা কুচু
মান্নদবা লোল, চাকচা য়ুথক,
ঐগী ধর্ম, নঙগী ধর্ম, মাগী ধর্ম
ঐ, ঐতনা অচুম্বনি অহেনবনি খন্নখিবা
মীনা শা ওন্নখিবা, শি'নাইবনি কাউখিবা
য়েংঙু মীকৃপসিদদি, শিবমদাইসিদদি
খেন্নবা ধর্মগী ব্রা লৈত্রে,
হিন্দু, মুসলিম, শিখ, ইশাই
বুদ্ধিষ্ট, জৈন, খৃষ্টান—
থবায়গীদমক লাউনবি
কনবিয়ু কনবিয়ু হায়নবি
লেপ্পুনা মতেং থিনবি।
ঙাংশং ঙাঙবা ঈচেলদু উবদা
লাউখি ঐনা খোঞ্জেল ব্রাংনা
"উপাই অমত্তা থিসি ঐখোয
উপাই অমত্তা থিসি।"
'ইচাবু কৈদৌববগে?' ইমাগী খোঞ্জেল তাবকখি
মীকপ খঙথোক থোকখি ঐ
হকচাং তনীক তনীকখি

হীক হীক কপখি থম্মোয় শোক্লা
কোনশিনবিখি ইমানা ঐবু
মথানুংদা চেজেংনা।

তাং ৭/১/২০১০ইং

## তাকপিরম্মু

মবৈবাক নীংবা অথোইবা
নশানা হূ থক্লগা
অতোম্মদা অমৃত ফংহনখিবা
পূকচেল চেংপা থম্মোয় শেংবা
কুমজা কুমওন কুমওনগী ওইনা
ঙসিসু লাক্লমগনি আস্থাদি।
নখোয়গী থৌনাবু নীংশিংলু খূদিং
নীংতম্বগী বাহঙ্খোক তারু' খূদিং
ঈহৌবকই অবাবই ঈথক
অকিবা পোক্লকই থম্মোয়দা
হংলক্লনি খনবদা ইবমদমগী।
মঙদসু মঙগ্রেম্ববে,
তাইবংদসু কণ্ডাওনবে
কবি খূদমনো উংলিবা শক্তমশিং'
মঙলান তাইবং অনীমক্তা?
হিংলি খম্না হিংগুমদবে,
খন্নিবা মালংগী শউমসু
মাম্নদ্রে অদুঙেগী মতৌদুগা।
লৈবক্তে লৈনম লৈবাংসু
লোংখবে লোইনা অমমম্ ওইনা;
তোর্বানগা ঈচেলগই মবীসু
লাপ্নবে তোঙান তানবে,
শম্ভূ নাইনা পাইবম্বা চেক্লা
মায়কৈ মায়কৈ পাইনখবে
কবি খূদমনো মসিবু?

কুমজা কুমজা তুংইন্না
চাবোল শূবোলশিংদগী
থম্মোয়গী লৈহূন, অশেংবা তর্পন
ফংলিব্রা হংনীংঙি নখোয়দা।
তাল্লস্মী মতম'মদদি
ইচীন ইনাও নখোয়না
'অপূনবগী নীংতম্বা'
মীয়াম পূন্বগা খুৎশম্নুনা।
ওইবে ঙসিদি অমমম্গী নীংতম্বা
মবন্নাই মবন্নাইতগী নীংতম্বা
মবন্নাইগী কান্নজনবা
মবোমদোমগী নুংঙাইজনবা
মুল্লি মচীন মনাওদগী
পাঙ্গল থেক্লা 'নীংতম্বা'।
অবোইবদা নিজগে
তুশোল্লবা নচা ঐখোয়না
পাড়া অদো হৌখিবগী,
তাকপিবম্মু তম্বিবম্মু—
নবোয় ননাও পূন্বদা—
'থাজবদা নুংশিবা লৈবনি
নুংশিনবগা শান্তি ফংবনি
অপূনবনা পাঙ্গলনি
পূনশিল্লগা ফংগনি 'নীংতম্বা'
মীয়ামগীনি নীংতম্বা
ইথন্তে নত্তে নীংতম্বা।'

তাং ১৩/৮/০৫ ইং

## ব্রাহং অমা

নীংখিজবা ফুডা
মমিং চৎলবা মহল
নোংদোল পক্রা ঝাংলবা দলাল
নিংথৌবেল কয়াগী নীংসিং ফুড়া
শাহজহানগী তাজমল
মশং নাইদ্রবা ঝাংলবা নীংশিং যুম্বী
পৃথিবীদা মমিং লৈববা কুতুব মিনাব
থাগৎনবি মপূ মপূদা
নুংঙাইবা ফোঙদোক্রবি লৈশি লৈথোন্দুনা।
অদুবু লাকই পূক্রিংদা ব্রাহং অমদি—
অহীং নুংথিল নাইদনা।
চাবা থকপা কাউদুনা
নিংথম উল্লেন, কালেনগী নুংশা
অৱা অনা নাচুংদনা
পুন্সিনা পুন্সিগীদমক
হিংনবগীদমক—
পাঙ্গল পূব্রা পুথোকখিবা
ব্রাখল পূব্রা থাদখিবা
মশীং থী'ঙমদ্রবা শিন্মীশিং
নীংশিংবিখিবগে কনানা?
নীংশিং খূদোল অমত্তফাও
তম্বিখিবগে কৈদৌঙৈ?
পূকচেল চাউবা কনানা?

অং ১০/১/২০১০

## পোলোইদা

মশক মমিং লৈত্রবা
শব্দ পোলাং মযাম অমা
তাবি অশূকপা উমংদা
অচৌবা ঈপাক্কী তোর্ব্বান্দা
অচেনবা তুবেল তোর্ব্বান্দা
মরুভূমি লৈঙোয লমদমদা
শূক্লবা চীংখোঙ চীংযাদা
মীৎযেংনা লাম্বা ফংদ্রবা
মালেমগী মফম কযাদা।
মহৌশানা ঈবাং হৌবকপদা
অহোংবা খোঙচৎ লাকপদা
মতমগী নোংলৈনা হুন্নকপদা
লেংলি লেংলি লেঙলি নোম্লি।
অচীকপা অহীংদা তাবি খোম্থাং
ক্রেক ক্রেক ক্রেক ক্রেক ।
শকফম মান্নে অমগা অমগা
খেন্নবা লৈতে মচু মমেন।
কল্লকপসু তৌদ্রে তাইবং কন্নাবু
ঐগী মাগী নঙগী
লৈত্রে কন্না হিদান্নবা।
অতিযা পক্লা মকোক হাইগৎতুন্না
অকন্নবা য়াথং তাউথখিবা
মালেমবু খূবামনুংদা পায়শিন্নবা
অকন্নবা বাশক লৌখিবা
লাইমক্কা শীংনদুনা হিংখিবা

ঐ, নঙ মাগী মবক্তা

খেন্নবা কয়া থনম্বশিং

খন্দোকপা ঙমদ্রে হৌজিক্তি।

অচৌ-অশাংগী শব্দ পোলাং

মীনাই নাইথাংগী শব্দ পোলাং

অমত্তা ওইখ্রে চপ মান্নখ্রে

খন্দোকপা ঙমদ্রে অমগা অমগা,

লেপত্রবা মতমগী য়াওলনা লাকপদা

উফুল ওনখ্রে চপ মান্ননা

লৈবাক ওনখ্রে চপ মান্ননা।

তাং ২৬/০২/২০১০

## ওজা নীলকান্তদা

অযূক্কী অনৌবা কোবৌনা
　　মশেক মঙাল য়েল্লকপা খুদিং
ওজা ইবুংঙো নুংশিবা!
কোলোয় মিংলেল নীলকান্ত
খঙ্গখি 'ঐগী ওজা হিংলি'
　　কাউবা লৈতে নোংমতসু।
তমজনীংখি ওজাদগী—
　　খাঙবা কনবা, পোত্থাবা লৈতবা
　　নীংখিবদা হন্দবা, ঝাশক চেংপা
　　মোং হাদবা, চীংলেম্বা
　　মায়থোং মকা লামদুনতা লৈবা
　　ঝা লীক্লা ঙাঙবা, শাউদবা
　　হায়নখিবা ঝা ঙাকপা
　　হীবম খুদিংদা পূক্লিং চঙবা
লূপথদুনা পূক্লিংগী লুববা ঈবোম্লুংদা
　　পূম্নমক খঙনবা হোৎনবা
মমল য়াম্লবা হৈনবী পূম্বা ওজাগী
যেকচদুনা থমহৌবি নচানা
　　থূপ্লবা থম্মোয় লায়ুমদা।
পূম্নমক্কীসু মথক্তা—
　　অপাম্বা লম্বীবু মীওই পূম্বগী
　　শৌগৎপি লেপ্তুনা নহাক্লা
　　পূক্লিং থৌগৎপিবনা নথৌনি নহাক্কী
　　য়োকখৎপিবনা হৈনবীনি নহাক্কী।
নঙোন্দা ফিদম ওইজবগা

চৎলি নচাসু পুক্নি লন্থী।
শকউদবা মাগী খূবাম্নুংদা লৈবা
তোল্লবা ঐনি পাণ্ডজদ্রবা।
অশেংবা ইয়ূমদা হন্দ্রিফাওবদি
নোমখিনি, পাণ্ডথোকখিনি
মাগী অশাদ্বগী মখা পোন্না অসুম
ওজানা তাকপীবশ্না তুংইন্না।

তাং ১৩/৫/২০১০

## নহাক্কী লৈফম

হে শকউদবা!
ঙসিফাও লেপ্লিবসে নহাক্না
মমল নাইদ্রবা থৌজাল ঈপাক্তনি।
লোল হায়বা অমা লৈতে নহাক্কী
'মনা মনিল নাইদবদুনি'
নহাক্কী লোলদি।
'মীওইবগী ৱাংলবা নাপলদুনি'
লেঙদ্রবা চীঙ্গাক্তি শক্লাইদবা নঙগী।
পাউখোল্লোযমক্লি নহাক্না থাবিবকপা
'তাইবংদা লৈবিবা গুকদি'।
থিবদি লেপত্রি ইবুংঙো নহাকপু
লাইফম খূদিং চঙদুনা মালেমগী
লৈজবা ইবল ইথুম তিংথোক্তুনা।
অদুবু ইবুংঙো!
অঙকপা নহাক্কী লেঙদবা লৈফমদি
ওইবল্লে লূববা থম্মোয়নুংদা
নহাকপু কাউদনা নীংজবশিংগী।

তাং ২৮/৫/২০১০

## মচাগীদমক

মমানা মচাগীদমক্তা ব্লাবি
পোথ্যাদনা নোম্নি, শূবি, নোক্লি, কপ্লি—
কোবৌ কয়া কুমজা কয়া—
ব্লাদুনা, ব্লাদুনা খন্দুনা চংখি—
অবোইবা পুন্সি মীকৃপফাওদা।
মদুগী মহৈনা কবি?
পোকপগী মহৈ যাম্লিববা?
মায়থীবিববা?
নোয-পেল্লম্বা শকক্ষম শোক্লকই
মচাগী ব্লাখলদা নোংমা নোংমগী
শাগৎচখি নুংঙাইববা মঙলান কয়া
মতম্বাক্তা শান্নবিগুঁ মখোঙ কাওদুনা
পঙনুংদা নুংঙাইজে মীকৃপ খবদু
চাবা মচেং তৃম্বা মচেং
শেন্নজে, হাকন্নজে মচাবু।
মচাগীদমক হোৎনবদা থওইবক্তে মপূবোইবফাও
অদুবু পূম্নমকসিগী ব্লাজমন কবি?
মতমগী মতুং ইন্না মথোৎ কাবকই
নোকচৈ মমানা চীনবান কাংগাং
ইচা চাউবে মপৃং ফাবে
ঐগী ইচানি ঐনা পোকচবনি
ঐগীনি ঐতগীনি
শীৎ-নাম্দুনা কোনজে, য়েংজে
কাউখি অব্লাবা পূম্বা,
খনখি খ্বাইদগী লাইবক ফবীনি।

*লেপত্রবা মতমগী ঈচেলদা তাউদুনা*

থেংনবকই, উবকই, অহোংবা

খঙ্গকবগী ওন্ন-তৈনবদা

মমাবু মশক খঙলক্তবা, তৌনীংবতা তৌবকপা

অহল ওইববী মমাবু মীবাযবকপা।

মমানা ঙাকপিবি, ঙাকপিবি ঙাকপিবি অদুম

নীংশিংদুনা পীক্রিঙৈগী থৌদোকশিং।

লম হেল্লকপা কযাদা

ফৃবিদুনা চৈনা পীকবা খৃদিংগী

ইমা! ইমা কৌনা কোনশিনখিবা

ফৃবিবা মমাবু হন্না হন্না।

মমাগী ফিজি-ফিনানা

মমায় খুমদুনা কপখিবা,

কয়াতা ৱাংথ্রবা মমাগী মমল মতমদুদা

কবিগী কাউথ্রবা মীবোল তাবক্লগদি?

লাকই মমাগী থম্মোয়দা ৱাহং কয়া।

খেন্নবিবসিনা কবিগীনো?

ঙাকপিবিবা মমা

কংথোইবিবা মচা

কনাগী অশোয়বনো?

হোংলকপা মতমগী চৈনাবা?

কৈদনো লৈবিবা অহোবসি?

কয়াদা নুংশিবিবা—

উচেক মপীনা মচাবু শেন্নজবা

চাবা থকপা কাউবিবা?

অতোপ্পা জীবনা শোকখিনি খনবনা

তপথবা লৈতনা ৱাজখিবা, তথক তথকখিবা!

অদুবু, পৃংকক চাউবকপদা, পাইবা ঙম্নবদা

কবিসু খল্লুদনা মমাবু

পাইখি মানা মানা থোকপা

মায়কৈ ফাংনা হিংনবগীদমক।
খেন্নবিবসিনা কবিনো?
মীওইবগা, শা-উচেক্কা?
তাক্লিববা তাইবং মপূনা
'মশা মশাগী জ্ঞান লৈবর্বদি
থাদোকপ্তো মাগী মাগী লম্বীদা
হিংলুসনু অপাম অপাম্বা মওংদা।'
কবিগীনো অদুবু—মীওইবা মমাশিংনা
মচাগীদমক অসুক খল্লিবা
অসুক চেকশিল্লিবা'
অসুক রাজবিবা।
অদুগা শোযবিবসি কদাযদগী'?
মসি কন্নাগী অবানবনো?
অকোযবগী ফীভম্নবা'?
মমাগী গুণ রাংপনবা'?
হঞ্জিন হঞ্জিন চমম্লবিবসিনা কবিগী?

অং৮/১০/২০০৯

# নঙগীদমক্লি

পীয়ু চৈনা, হাপ্পু মৈচাক
খাঙগে হবাওনা অকিবা লৈতনা।
ঐনা হিংলিবা ঐনা চাবিবা
পূম্নমক ইবুংঙো নঙগীদমক্লি।
ঐনা নোম্লিবা ঐনা থিবিবা
থিবিবা লেপ্তুনা কবিনো অমা
মদো—নহাক্তগীনি নহাক্তগী।
অকিবা পোক্তে, তুজুংবা ফাওদে
শাহীংচাবা 'লক্তা হিংলসু
মীহাৎপা 'লক্তা লৈব'সু
খাঙজগে, খাঙবা ওমজগে।
পূক্নি সন্ধ্যা য়ৌবকপসিদা
ওইবন্দ্রসু য়াই চাংযেং পীবিবা
লৌগনি হবাওনা ওক্কনি তবাম্না
পীয়ু চৈনা হাপ্পু মৈচাক
খাঙগে হবাওনা, অকিবা লৈতনা
ঐনা চাবিবা, ঐনা হিংলিবা
ঐনা নোম্লিবা, ঐনা থিবিবা
পূম্নমক নঙগীদমক্লি
পূম্নমক নঙগীদমক্লি।

তাং ২৫/৬/২০০১ ইং

## থোরক্লো অঙানবদা

অমকপা অমত্তা লৈত্রবা
দোষ অমত্তা পক্কবা
সাহিত্যগী মন্দিবসিদা
শেংলবা মফমসিদা
কদায়দগী পাইশিল্পকপা
  হূ চেল্লবা লৈচীলনো?
মবাল লৈজদ্রবা সাহিত্যকাব
মঙালতবু ঙাইজবিবা অচুম্বগী
লূববা ঈবীত্তবু খিজবিবা
অথীববু ফজবা ওইহল্লিবা
নুংশিবতনা কূয়োম ওইজবিবা
  কবিগী লাঙ্গোয চল্লক্লিবা তম্নলাইনা?
নত্তে, মদু ওইবা য়াবোই—
ওইবা সুকয়া য়াবোই
ব্রাহৈ খিসি, শেম শাসি
অথীববু মূখৎসি মক্ক ফংনা
  ঙালহনসি মঙাল
  মাঙহনসি অমম্ববু
চূখৎসি পূক্লিং মৈবা খূৎশম্লনা
হোৎনহৌসি মতম লৈবিঙৈ
  ব্রাখলগী ঈহৌ মাঙদ্রিঙৈ।
থম্মোয় শেংজবা সাহিত্যকাব
প্রতিভানা ঈথক হৌবিবা
কায়হনবিদনবা মখোয়গী মঙলান
ঙাকখোকহৌসি মতম লৈবিঙৈ

পৃক্লিং লৈবাং কংদ্রিবঙে
অদুগা হায়জসি নিজসি
হে অমম্বা' অঙানবদা থোবক্লো নহাক
তিল্লবো অঙানবদা।

তাং ১৭/১০/২০০৯

## মমা ওইবীদা

মশাগী স্তান মপুং ফাদ্রিবা
তাইবং লোনচং খঙজদ্রিবা
পীক্রিবা অঙাং নাৱাশিংনা
অতোপ্পনা হাউনা চাবদা
মতীন য়োংনা মিতাজবা
মমা ওইবীবু উবকই
অতৈ কনা উবক্তে।
মীগী মপোং, ঐগী ইপোং
মশক খঙবা ঙমজববা
মশাগী ওইনীংবা খঙজববা
অঙাং নাৱা ওইবশিংনা
অতোপ্পাগী মপোং লৌকবা
মমা ওইবীবু নীংশিংলকই
অতোপ্পা কনা নীংশিংদে।
মীমাঙ পোমাঙ খঙদ্রবা
হৌনৈ হৌনদে থিদ্রবা
শাগা পাংখক ওইববা
ম্যাঙহন তাকহনবত্যা পাম্লবা
নহা কোঙ্গায় উকববগা
মমা ওইবীবু উনীংলকই
কনা অমবু খল্লুদে।
নাপল ম্রাংনা কাববা
ঐনা মহেল্লে খল্লবা
মিনুংশি অমত্তা ম্যাওদ্রবা
কথোকপা মশক খঙদ্রবা

মথোং কাবকপা কাবকপী উক্সবগা
মমা ওইবীবু য়েংনীংলকই
অতোপ্পা কনা উনীংদে।
থর্কসি-খাসি নাইদ্রবা
অহল ওইবক্কনি নীংদ্রবা
তৌনীংবতা তৌবিবা
ঙাঙনীংবদা ঙাঙলিবা
ৱাখল য়াওদবা উবগা
মমা ওইবী নীংশিংলকই
থম্মোয় মৈগুম শাবকই।
মপাবী মমোম য়োকপদা
অৱা কোকথোং পুবকপী
ঐগী মীগী খাযদবী
হৌন লোনচং খঙজবী
পলেম ওইবীবু নীংশিংলকই
ইদোম ইকোক নোঞ্জকই।
মপৃ মাগী খৃংশেম্নি
মাঙবা নাইদ্রবা য়াথংনি
'মমানা মচা শেমগনি
ৱাবক ৱাতেম তৌগনি।'
মতীক চবী মমাতনা
পোকপই মহৈ য়ানজবনি
পজেং ফীবাল ফংজর্বনি।
হে মমা ওইবী'
তাইবংনা চাউথোকফম ওইবিবী'
হয়া ইকোক নোঞ্জবি
ইকায খুম্ন' উৎচবি।
মমাগী গুণগী অমৃত
য়েনবিবো মালেম শীঙ্খংনা
নুংশি লাইজ খীকপিবো

অনৌবা মপোক ওইহল্লো।

মীকৃপ নাহুম যেংদুনা

নচাবু নাউয়োক্পিবিবী

হৌন-লোনচং তম্বিবিবী

ইমা নঙবু খুকমজৈ

হন্না ইকোক নোঞ্জবি

ইকায় খুম্ন' উৎচবি।

২৯/৯/২০০৯ ইং

## লৌশিনবিয়ু

নপোৎনি, নবলনি
লৈজবিবা পূম্বা মীওইবদা
ওইজবিবা খুদিং ঐখোয়গী
নঙগী ভাক্তনি পূম্নমক।
ফজবা অথীবা অৱাবা নুংঙাইবা
পূম্নমক লৌশিনবিখিনি নঙনা,
নপোৎ নবল পূম্বা মতম খবগী
শান্দোকপতনি তাইবং পূম্বদা
শীজিন্নৌ হায়না নহাক্না
ইনীংতমজৌ হায়না ঐখোযদা।
নুংঙাইথোকপা পাম্বা অপঙবা কনানা
মাঙহল্লি লন-থুম পূম্বা অবেম্বদা
লেম্ভোকই পুন্সিবু মমল খঙদনা
অৱাবতা পীবি হিংমিন্নবা পূম্বদা
মিংচৎ মাঙহল্লি মশাগী পুন্সিগী।
অশিংবা কয়ানা, অথোইবা কোঙ্গাইনা
মখৌ খঙনা পুন্সি লেনবনা
ফংজবি পজেং ফীবাল তাইবংদা
লৈতেংলি লেঙদ্রবা মিংচৎনা।
অথোইবা আত্মা ফংলবা মহাক্তি
মঙালনা শীলহৌই মালেম শীনথুংনা
মিংলেনবু কাউনদে, ওইহৌই অমবদুম।
ফত্তবা মহাক্তি অমম্বদা তিনখি
অমোৎপা লৈখাদা উং ওইনা মাঙখি
অঙকপা লৌশিংনি অঙকপা নহাক্কী,

উক-ক লৈবি হন্না হন্না
অচুম অবানগী চক্রনুংদা
শেংদোকপিবি মথং মথং
মীওইবগী আত্মাবু।
লৌশিনবিয়ু পূম্বসে, মতমদুনা লাক্লবদা
অমত্তা চীথদনা
নপোংসে নঙগী
নবলসে নঙগী।

তাং ১৩/৫/২০১০ ইং

## মায়োক্লখিনি

ঙমখৈ নাইদ' পাক্লবা মমিনা
মায়কৈ শীন্না পুম্মম মম্না
য়োৎশিল্লগে মতাগুম
পাইশিল্লক্লি মালেম তম্না।
উবিবা কয়াদা মযেক লানা
লোইবমদাই মীকৃপ্তা পুল্লিগী'
কৃপশিনখ্রনি শোয়দনা মমিসিনা
মবাল লৈজদ্রবা ইচাশিং।
খঙন-উনমক পুম্নমকসি
লেঙ-ওৎপা ঙমদ্রে হকচাংসি
খৎপা থোক্তে লৈয়েংসু।
লৈজবিবা বুদ্ধি লৌশিং
মাঙম্রে, খঙদে কবিননো
থোক্লগদবা অমম্বা থৌদোক
পাউদমজবগা তাইবং মপৃদা
চৎখিবা তাবব্রা চৎনীং চৎনীংদনা।
অদুবু, থম্মোযনদি য়ানীংদ্রি
পাল্লি মাযোক্লবা অচুম্বগীদমক
শীজিন্নদুনা শক্তিসিনা মহাক্লা পীবিবা।
পূনশিন্দুনা তিন্নদুনা অমত্তা ওইনা
অচুম্বা নুংশিবনা খৃৎলায় ওইদুনা
ইঙ্গিতপু য়েংদুনা মপৃ মাগী
মায়োক্লবা পাল্লি অচুম্বগীদমক।

তাং ২৯/৮/২০০৯ ইং

# লৈয়োম্নুংদা লৈজগে

চাওখৎ চীংজাও কাবকপা
মীহাৎ মীপুন তোয়বকই
মীকপ তেংথা খোঞ্জেলনা
মালেম তংখায় নীকহল্লি।
শিবা নাইবা মীওইববু
লেপ্পা নাইদ' মাঙহল্লি
অমগা অমগা যেংথীনৈ
লানশীংনবকই কযাবক।
লৈতাদ্রবা মালেম ওইব'সু
নশাইগোনদবু চঙনুবদি
স্বর্গগী নন্দন কাননদি
শান্তিগী মশক ওইবনি।
নহাকপু উবগা মপেঞ্জে
নহ কপু শোক্লগা নুংঙাইজৈ
পাপ পুন্না কোর্কান নীংজৈ
ঈশ্বরগী শউম ফংবগুম ঈংজৈ।
মোমোনতা নোকই পংফত ফজৈ
তবাম্না ওকপি মীপুম থৃদিং।
অরাবনা পন্দোম লোল্লবা কনাবু
পেঙংবগী পিবাং শীন্থহল্লি।
নুংঙাই যাইফ লৈত লাযব
থমদে নযমদা নহাক্কী
পেলহল্লি পুন্নবু মান্ননা।
শাইগুন যার্শ্মী নমিং যার্শ্মী
শকয়াম যার্শ্মী নগুণ চউই

নুংঙলহল্লি লৈনমতনা,
তাইবং ওইবা পূন্নদা
প্রেমগী ঈথক হৌহল্লি।
তাইবং শেম্না মপূগা
খ্বাইদৈ নক্লবা নহাক্লি
অচুম্বা হায়বদো নহাকমক্লি
শাইওনমক্লি নুংশিবা কৌবগী।
নহাক্লি ফজবগী মশক্তম
নহাক্লি মূর্ত্তিসু কংথোকপগী।
অহিংবা ওইহল্লি মীওইববু
থম্মোয় মযোল চোংহল্লি
থৌবম খূদিং পুক্সিগী
চঙদবা যাদ্রবীনি নহাকসে।
নহাক্কী শক্তমবু উবগা
পাম্মূবা, নুংশিবা, নুংঙাইবা পোক্লবা
পাপ চেল্লবা মীহিংচানি মহাক অদো।
পাপকী মৈবীনা চাক্লবা হকচাংসে
পোত্থাজগে নথানুংদা,
অবোইবা মতমদা ঐহাক্কী
হকচাং কয়াৎ শীম্ভুংনা
নুংশি লৈনম চাইবিয়ু,
কোনশিনবিয়ু চেজেৎনা
নঙগী নুংশি লৈযোনদা।
তনৌববা পুক্সি বসন্তগী
নুংওন রাবী কাউঙমদ্রবা
মথং মথং মবোল মবোল
নীংশিং নীংশিং লৈযোন্নুংদা
পোত্থাজগে থরায় লৈবাংনা।
লৈখল লৈচু লৈবক্তা
চান-চূনবা লৈচু ওইনা

তিঞ্জগে থবায়না লৈযোন্নুংদা
লৈহী লৈনম ওইদুনা।

তাং ৯/৫/২০১০ ইং

# মহৌশানা ঐখোয়গী শুকনি

পাডা পাখো হাযকবগী
বানান ইযু তাক্লবগী
কোন্না শান্নৌ হাযকবগী
নীংবা কাযনা ব্লাবৌ পৃক্লৌনা
খোন্নেন যাতাখি কপ্পা কপ্পা
পাবী নাব্রা চাউদ্রিবদো—।
নাউশুম হৈবী লাইবেম্বীনা
মতম্বাক্তা কোনখৎতুনা
নাউথেম ঈশৈ শক্তুনা
নাব্রা মাবু নাউথেমখি।

নাব্রা থব্রায মিবেলবু
মালেম মফম শীম্ফুংনা
কোযনা পাইনা পূবিবি
জীব পানবা খৃদিংনা
মখৌ মঙম পাঙথোকপা
থব্রায তানা যেংর্ল্লি।

নোংপোক থংবা সনজীংদা
কোবৌ সনা মশেক্লা—
শন্দোবকপদা মায়কৈ শীন্না
মনা পৃংলবা পাম্বীদা
মাগী মাগী মকোলদা
চেক্লা মর্পাশিংদুনা
কোযনা চিঞ্জাক থিদুনা

মচাবু লেপ্তুনা ইনবিবি
মথৌ মথৌ পাঙথোক্লি।

ককচেং হাবৌ উচেক ৱাযা
অচৌ অপীক জীব পূম্বা
পোত্থাবা কৌবা লৈতনা
শৃবি, নোম্লি, মথৌ তৌবি।

উচেক'মতা উইবমদে
তল্লি ঙমদে হাযবমদে
কুবাক'মতা ৱায হাযদে
খোইমু'মতা চোকথৈ শোন্দে
মথৌ মথৌ তৌনৈ অদুম
ঙম্মী ঙমদে হাযদে অদুম।

হৈকোল যেংলুই মফজৈ
লৈকোল চঙলুই মনুংশি
হৈপালদা হৈবাং চূম্না পাল
লৈকোলদা লৈবাং থন্না শাৎ
হৈনম লৈনম্না চূববা
নীংথিবা মালেম মওইবি।

পামেলদা চেক্লা কযানা
চেল্লি চোংলি শান্নবি,
মাগী মাগী খোম্থাংদা
মপূগী গুণবু শৈথাবি,
উৎলি হিংবগী নুংঙাইবা
লেনজবি হবাও অয়াম্না।

কৃশ্মে পূম্বা উবদা

পাবী নাৱা চাউদ্রিবা
নিদ্রাগী থবাক থাশেংনা
লৈনা জগোয় শাবক্লে।

পোম্বী চেক্লা মতৌগুম
খোইমু কুবাক্না তৌবগুম
কোয়না লৈনা চেল্লক্লে।
হৈনম লৈনমগী ইনিলদা
মালঙ ইপোমগী তাম্বাদা
মক ময়াং খীংলক্লে
খেক্লা খেক্লা নোকচবে
তাইবং মঙফাওনবক্লে।

মঙলান্দুনা পাম্বে ওই
মহৌশা লাইবেম্বীনা মতেং ওই
নাৱা মাগী ৱাখলদো
মঙাল মশেক্লা য়ৈখবে।

মহৌশাগা খৃৎশম্নদুনা
মথৌ পূম্বা পাঙ'ঙমখি
অশেংবা তাইবংমী ওইনদি
পজেং ফীবাল ফংখিদো
মালেমদা মিংচৎ য়েনখিদো।

তাং ১০/৬/২০১০

## করি থোক্লগবা

মীওইবনা অসুম অসুম
মীওইবগী লমচৎ চৎনদ্রবসু
থৰুসি খাসি য়াওদ্রবসু
নুপা নুপী মথোং খঙদ্রবসু
ইমা ইপাগী ব্যবহাব মাঙখ্রবসু
শামক্কী শক্তমদি ওইবক্তি
মী-মক্তি চানদ্রি
ঈ-মক্তি থক্লদ্রি।
ইকায ইকি থাদোক্লসু
মীমাঙ পোমাঙ খঙদ্রবসু
অবোনবা অমত্তা খাক্তবসু
মচা শেন্বা শোয়ববসু
লৈবাক্কী মাঙবঙাক থোক্লবসু
শামক্কী শক্তমদি ওইবক্তি
মী-মক্তি চানদ্রি
ঈ-মক্তি থক্লদ্রি।
লৈবাক'মগী প্রজা ওইদুনসু
মথৌ মশক খঙবিদ্রবসু
ঙাঙনীংবতা ঙাঙলবসু
তৌনীংবতা তৌববসু
হূনীংবতা হূববসু
যাবমখৈ মাঙহল্লবসু
শামক্কী শক্তমদি ওইবক্তি
মী-মক্তি চানদ্রি
ঈ-মক্তি থক্লদ্রি।

মীনা মীদা চংকন্দবা লমচং
কবিনো হায়বা খঙদ্রবসু
পৃকচেল শেংবা হৈত্রবসু
অফবা খনবা ঙমদ্রবসু
হাংপা তৃপ্পা ঙল্লবসু
নুপী নুপাই ইজ্জং থম্নদ্রবসু
শামক্কী শক্তমদি ওইবক্তি
মী-মক্তি চানদ্রি
ঈ-মক্তি থক্লদ্রি।
তাইবং মীগী রানবতা শীল্ল'সু
নুংশিবা শুকখঙ খঙলুদ্র'সু
পাপ-পুন্যগী রাফম লৈত্রবসু
অবানবনা অচুম্বতা ওইগ্রবসু
অতোপ্পনা রাবগা নুংঙাইনববসু
মী হাংপগী হালেঙবা লৈত্রবসু
শামক্কী শক্তমদি ওইবক্তি
মী-মক্তি চানদ্রি
ঈ-মক্তি থক্লদ্রি।
তাইবং মপূনা কবি তৌবকপা
ঙাইবা তাবি ঐখোয়না
তম্বা ঙমদে কবি তৌবকপা
লোনদিন্নবকপসু য়াই শাগা
শাগী হকচাংদা মীগী মকোক
মীগী হকচাংদা য়োংগী মকোক
পংখোক খোক্লকপসু মযাবি।
অতোপ্পা গ্রহদা লৈবা
এলেন কয়া কয়াগা
মায়োক্লবা ঙম্নবা—
শেম্বিবকপসু য়াই তাইবং মপূনা
পাঙ্গল কল্লবা থৌনা লৈববা

মখল মখলগী অঙকপা শক্তমদা
ওাইবা তাবি হিংলিমখৈ
কবি থোক্লগবা হায়বদু।

তাং ৯/৬/২০১০ ইং

## কবিবু পীগনি

থম্মোয়তা কায়নবা শীনবনি নঙদি
হকচাংতা মন্নবা লাকপনি নঙদি
কবিগী হৌদোক্কি তূমখ্রবা পূক্রিংবু?
কবিগী কাইহৌবি ঈংথজববা ব্রাখলবু?
কাউবব্রা অদুঙৈগী নুংশি লৈবাং
থম্মোয চোল্ল' খোয়থুন্ন' লৈহী
ঈবাং হৌবম্বা বসন্ত খুদিং
মালেম খোঙচৎ খোঙথাং খুদিং
থৈখিবা নৎত্রা মতম্বু কিবনা?
শাংল' পুন্সি খোঙচৎসিদা
কযাবক হন্না ননশিনখ্রবা
ব্রাখল ব্রাখল মবোল মবোল
হুমদোক্কবিবা খুস্লম্বা ফিজং পূম্বা
নৌহৌননা অমুক?
কবিবু পীগনি হৌজিক্তি যেংঙুনে
লৈহীসু খোয়থুম্বা কংখ্রে লোইনা
হৈবাংসু অহাওবা খুইথখ্রে লোইনা
অচুম্বা, নুংশিবা, মতুবা থম্মোয
অসি মঙায়বে লৈজবিবা হাযববু
অসি মঙাযবে।
কবিবু পীগনি নফমদা নঙগী?
কবিবু হায়গনি নহাক্কা পেন্নবা
হে শক্লোৎপা।

তাং ১৫/৫/২০১০ ইং

## লেপত্রবা লমজেল

পীক থল্লি থৌদাংনা
হৈনীংবনা ইশাসি চোকথবা নাইদে
ইনীংবা, পানীংবা, উনীংবা, খঙনীংবা
লোইবা নাইদে, লোইবা লৈতে
তান্নবি লমজেল মতম লাইবেন্নীগা
ঙমদুনতা লৈ মানা ঐবু।

অদুবু—
কোবৌনা মঙাল যৌবক্লিঙৈ
অহীং ঈচীক হুল্লিঙৈ
নিদ্রাগী তন্নাক্তা পোথাবিঙৈ মীযাম্না
তান্নে লমজেল মতমগা ঐগা
শীংনবদুনা হন্না হন্না মহাকপু
মতীক চাদ্রবা ঐগী পুন্সিনা।
খুদোংথীববা চীং লম্বী কয়া পুন্সিগী
খূদি থীদুনা তুখি মশীং নাইদ'
তাদুনা লৈকই কুমজা কয়া শোম্নদুনা।
অদুবু থৌজাল হৈবা মপূগী মতেংনা
তুকবদৈ হেক হৌগৎপগা—
মীওইবা পুম্নমনা পোত্থানবিঙৈ
পজেং ফীবাল ফংলবা মবাযবক্কী
য়াবী শীংবুল লীনবিঙৈ
তান্নে লমজেল খোঙজেল যাঙনা
মতমগা তত্তনা।
'তন্তবনা লাকচবকই'

থাজদুনা ইপা ইপূগী রাহৈদা
পান্দমদুগী খূদুং ইন
তান্নবি কন্না লেপ্তুবা লমজেল
শোল্লবসু শোন্না—
মতম কৌবী লাইবেশ্নীগা ঙসিসু।

তাং২৯/৫/২০১০

## ওইরগদ্রা অবোইবা

হে ভীষ্ম!
মীওইবগী ঈতনা মচু শঙলবা
কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা
হীপথিবগা নহাক্না তেনগী ফমুংদা
মাঙহনখি কৌরবশিংনা
লানগী চৎনবোল পুন্না।

অচুম্ববু তাঙ্গোয তাহনবা চক্রবির্হ
রথী তবেৎকী অবানবা লাম্লোং
শীজিন্নফম থোক্তনা শীজিন্নখিবা থৃৎলায
ও! নমদুনা য়াতাহনখি
মায়থীবা হৈত্রবা অভিমন্যু।

হে মহাপুরুষ!
লোইবা নাইদ্রবা কুরুক্ষেত্রগী লানবুংসিদা
ঙসিসু শাবাক তম্বিবি
মীচেঙ চাবা মহারথীশিংনা
মশাং থী'ঙমদ্রবা অভিমন্যু কয়া
কংহনবিবি অবানবা লাম্লোংগী মৈশানা
 আশানা থল্লবা
 নৌজবিবা পুন্সিগী ময়োল কযাবু।
লেপখি অদুঙৈ শ্রীকৃষ্ণমক্না
অভিমন্যু মাগীদমক
 পুন্সি পিখম্নহনব্রবসু খাঙভুথক্তা
লমন খুমহনখি,

ককহনখি জয়দথগী কোক
আৰ্জ্জুনগী তেন্না।

হে ভীষ্ম!
অবানবতনা শাবাক তম্বিম্ববা
অচুম্ববু ঈবাংচবিবা
অভিমন্যুশিংগীদমক
কবম্বা কৃষ্ণ অমননো
লমন খুম্বিবগদবা চহীচা অসিদা?
খুন্মু হে মহাপুরুষ!
তেনগী ফমুংদা হীপত্রিগী নহাক্না
লৈবম্বা অচুম্বা লাম্লোংদুনা
ওইবগদ্রা অবোইবা
চহীচা কয়া কযাগীসু?
ওইবগদ্রা অবোইবা
ওইবগদ্রা?

তাং ১৫/৫/২০১০ ইং

## নুংশিবা

নুংশিবা'
    নহাক্না কোযচিং চিংলি ঐবু
    থাদোক্তে মীকৃপ'মতা
    মসিবু কবিগীনো?
থাদোক্কে নীংনা নীংনা
    কোনশিন্দুনতা লৈ ঐনসু নহাকপু
    ওম্থোক্না চেৎনা কবিগীনো খঙদে।
মতমসিগী মীওইবগী
    মোৎলবা লমচৎ শাজৎ মবকসিদদি
    খল্লুবনি থদৎলগে নঙগা লৈনবা মবী
    অদুবু য়াদে
    নকশিল্লকই থোইনদুম নঙনা।
ওৎপা নৈবা, মীহাৎ মীপুন
মাঙহন তাকহনবা, কায়নবা তিন্নবা
মখল কয়াগী লোইনাইদ্রবা থৌদোক্লকসিদা
    নকশিল্লক্তুনা থোইনা হেন্না
    লেপ্লে ইনাক্তা শুক্লেঙ লেঙদনা
    কবম্না পাউখোঙনো খঙদে নঙগী।
যাদুগী মৈবীনা কোযশিল্লবদা
    হূ কামশিল্লক্লবদা মীহিংচাশিংনা
    মুনবিস্লবদা লৈজবা পূম্না,
    ইচাবু থাশেৎনগে তেমশীংলবদা,
    থাদোক্লগে খল্লুই নঙবু
    হে নুংশিবা'
    ঈম্থেক্লগে খল্লুই যাম্না থাপ্না

ঙমদে কৈদৌনুং নঙগা শেৎনবা
ঙমদেনে থাপতোকপা তোঙান্না তাবা।
হে নুংশিবা' কোনশিনবিবো ঐবু
ওলহনবিবো ঐবু নুংশিবা নহাকমক
তিলহনবিবো ইশামকসে নঙোন্দা
তিলহনবিবো অমত্তা ওইনা।

তাং ১৭/৮/২০১০

---

সঞ্জেনবম ভানুমতী ১৯৪৮ দা শগোলবন্দ শযাং পুষ্ত্রী মপান্দা শকখঙনববা অইবা সঞ্জেনবম নদীয়া অমদি সঞ্জেনবম ওংবী ইবেমপিশক অনীগী মকাদা তাইবং খোঙদাবকখি। যাম্না নৌনা ইবা হৌবকখি। পীক্লিংগৈ সুপ্নগী তবেৎশুবা মহৈগী থাক্তা তম্লিংগৈদগী হৌনা ঈশৈ মযেক ইবা হৌবকখি। লাইবিক ওইনদি খবা থেংনা পুথোবকখি। ঈশৈ-নোংমাই, নাংকী থবকশিং পামজবা অশৈবী অসিগী হৌজিক ফাওবদা ফোঙলবা শৈরেংগী লাইবিকশিংদি -- ১। *খোঞ্জেলসিবু নঙগীবা* (১৯৮২), ২। *কল্লবা ঈবৈমদা অসুম অসুম* (১৯৯১), ৩। *অবোইবা রাহুং* (২০০১), ৪। *লাকলো ঐখোয় পূল্লসি* (২০০৬), অমদি ৫। *ওইবগদ্রা অবোইবা* (২০১১) অসিনি। অশৈবী অসি হন্দোকলোয অমা ওইনসু মশক তাকখবে। মহাক্না বঙ্কিম বোন্দগী *দ ফ্লাইত ওব পিজন্স* তগী হন্দোকপা *খুনুশিংগী লাঞ্জেন* (২০০৪) দা সাহিত্য অকাদেমি ট্রান্সলেসন প্রাইজ, ২০০৭ ফংখি। হৌজিক *অপাইবা লাইথী* কৌবা অঙাংশিংগী রাবী অতেনবা অমসু ফোঙনবগী শেমশাবা লোইবে। লাইবিক অসি *তমিল লোন্দা* কল্লবি গোপাল কৃষ্ণননা ইবদগী ইন্দিবা অন্না কৃষ্ণননা ইংলিসতা হন্দোকপনি। অশৈবী অসি হৌজিক খাগেমপল্লী পনখা ঙানপ্পীথোং, ইম্ফালদা শ্রীলাইশ্রম থবল্লো সিংহগী লোয়নবী ওইদুনা লৈবে। মহাক্কী খোঙ্জেলগী ঈচেলসু লেপ্পা লৈতবি।

